**ATOPPA KHONJEL**

An anthology of Modern Manipuri poetry.




অহানবা ফোঙবা / ১৯৭৫

২ শুবা চাউথোক্লবা খূৎনম / জুন, ১৯৯৩

ফোঙবা / শামুবাইলাৎপম গোপাল শর্ম্মানা

নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি,

কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাই, ইম্ফাল—৭৯৫০০১ গীদমক ফোঙবা

কপি মশীং / ১০০০

মখুম / থোইদিংজম তোম্বী সিংহ

মমল / লুপা ৩৫·০০

নম্বা / পদ্মা প্রিন্টার্স

পাউনা বাজার, ইম্ফাল—৭৯৫০০১

# ৱাহৈ খরা

মণিপুরী শৈরেংগী খোঙচংসিমদি য়াম্না শাফু কন্না চঙশিল্লক্লি। অদুবু নীলকান্ত অমসুং সমরেন্দ্রদগীনা হৌজিক ফাওবদা চখরল্লিবা অনৌবা শৈরেংগী অপুনবা মশক অমা উংপা ঙম্বা শৈরেংগী খোম-জিনবা লাইরিক্তি ইউ উত্রি। অরাংপা অসিমা মেনশিন্নবা সমিতিনা "অতোপ্পা খোঞ্জেল" অনীশুবা চাউথোক্লবা খুৎনম অসি পুথোক্লবা হোৎনজবনি। ইং ১৯৭৫ দা ইহান হান্না হাওবম গৌরদাস, থোকচোম যোগেন্দ্র; নোংথোম্বম শ্রীবীরেন অমসুং লোংজম জয়চন্দ্র মীওই মরিনা শাবা বোর্ড ওফ ইদিটরস অমনা পুথোক্লম্বা অহানবা ইদিসন্দা মপুং ফাবা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী এনথোলোজিগী মশক অমা লৈখি। অদুবু হান্নগী মথক্তা অনৌবা কবি কয়াগী শৈরেং হাপচিন্দুনা হেন্না মশক থোকপা এনথোলোজি অমা পুথোক-নবগীদমক ডাঃ নোংমাইথেম তোম্বী, লোংজম জয়চন্দ্র, থাংজম ইবোপিশক অমসুং যুমলেম্বম ইবোমচা মীওই মরিনা শাবা বোর্ড ওফ ইদিটরস অমা শেমখি। অনৌবা বোর্ড অসিনা য়াম্না কুপ্না খল্লদুনা অনৌবা শৈরেংগী মশক পুবা শৈরেং কয়া খনগত্তুনা হাপ-চিনবদগী অনীশুবা চাউথোক্লবা খুৎনম অসি পুথোকপা ঙমজরে। মসিগীদমক বোর্ডকী মেম্বরশিংবু সমিতিগী মায়কৈদগী থাগৎপা ফোঙদোকচরি। লোয়ননা লাইরিক অসিবু এম, এ, মণিপুরীগী সেল্লেবসতা য়াওহনবীবগীদমক মণিপুর য়ুনিভরসিতিগী মরী লৈনবা

দিপার্টমেণ্টকী মীওইশিংবু সমিতিনা থাগৎচরি। অনীশুবা থুংনম অমা পুথোক্লবগী আশা লৈজরবস্মু ফোঙনবগী মতাংদা সমিতিগী ওইনা অন্নাবা কয়া লৈবদগী শ্রীশামুরাইলাংপম গোপাল শর্ম্মানা চোংথোকপীরক্লনা লাইরিক অসিবু ফোঙদোকপীবগীদমক সমিতিগী মায়কৈদগী তৌবীমল থগুবা উৎচরি। লাইরিক অসিগী মথুম য়েকপীরকপগীদমক মণিপুরগী মশক নাইরবা আর্টিষ্ট শ্রীথোইদিংজম তোম্বী সিংহবুস্মু থাগৎচরি। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা কবিশিং অসিগী বাইও-ডাটা ইবিরকপগীদমক শ্রীথাংজম ইবোপিশকপুস্মু থাগৎচরি। লোয়ননা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা শৈরেংশিংবু ফোঙবদা য়াহনবীবগীদমক কবিশিংগী মফমদা সমিতিনা তৌবিমল থগুবা উৎচরি।

ইম্ফাল,
২ জুন, ১৯৯৩ ইং

শরৎচান্দ থিয়াম
জেনরেল সেক্রেটরী

# য়াওরিবশিং

## য়াহৌদোক

### লাইশ্রম সমরেন্দ্র



### এলাংবম নীলকান্ত



### কাঙজম পদ্মকুমার



### রাজকুমার মধুবীর

# ৱাহৌদোক

অযাম্বগী মফমদা অনৌবা মণিপুৰা শৈৰেংগী খোমজিনবা লাইৰিক অমা ফোঙবা তাববদি শ্ৰীএলাংবম নীলকান্ত, লাইশ্ৰম সমৰেন্দ্ৰ, নোংথোম্বম শ্ৰীবীৰেন, ৰাজকুমাৰ মধুবীৰ, থাংজম ইবোপিশক অমসুং খুমনোম্বম ইবোমচা সিংহগী মিংশিং অসিনা মপুংওইনা হেক্তা নীংশিংনৈ। হাযবিবা মীওইশিং অসি মশা মশাগী শৈৰেংগী লাইৰিক ফোঙনহনা অনৌবা মণিপুৰী শৈৰেংগী খোঙচৎ শসিদা মশক থাৰবৰা কাৰ ডাক্তনি। মিং পাৰেংশিং অসিগা লোযননা ঐখোযনা যাম্না কন্না ইবা হৌগৎলক্লিবা অদুবু চপচানা মশক থাক্লে হাযনদি লৌবা যাদ্রিবা অতৈ নহাবোল কবি কযাম্বু হাপচিন্নবা হোংনৈ। খুদম ওইনা, বনজিৎ দল্লিউ সনখ্যা ইবোতোম্বী অমসুং জ্যোতিৰিন্দ্ৰ লুৱাঙ। হাযবিবা কবিশিং অসিবু অনৌবা মণিপুৰী শৈৰেংগী খোমজিনবা লাইৰিক অমদা হাপচিন্নবগী তোঙান তোঙানবা পাদম পুথোৱৰম্বদি যাই। অদুবু কবিশিং অসিনা হান্নগী শৈৰেংগী চৎনবক্লিবা মশক অমসুং মওঙ অমদি মহুনা অপাবশিংদা ফাওহনবা মহাউ অদু নওবা ইতোপ তোপ্পা শৈৰেংগী মশক অমসুং মহাউ অমা পীবা ঙম্লে হাযবসি শৈৰেং খোমজিল্লিবা মী খুদিংমক্কী চপমান্নবা মোতনি। মীৎয়েং অসিদগী যেংলুবা তাববদি লাইৰিক অসিগী মমুং চলহল্লিবা কবিশিং অসি হান্নগী চৎনবক্লিবা অমদি লৌনবক্লিবা অনৌবা মণিপুৰী শৈৰেংগী মশক অমদগী হোংদোকপা লৈতে। অদুবু মতাং অসিদা শ্ৰীকাঙজম পদ্মকুমাৰ সিংহগী শৈৰেং অমথক হাপচিল্লম্বা অসিনা অপাবশিংগী মফমদা অনৌবা শৈৰেংগী খোমজিনবা লাইৰিক অসিদা মপুংওইনা শৈৰেং খোমজিল্লিবা কাঙবুশিং অসিগী মীৎযেং অমসুং পান্দম অসি কবিনো হায়বসি ময়েক শেংনা খঙহল্লমগনি নীংই। লাইৰিক অসিগী মমুং চলহল্লিবা

শৈরেংশিং অসি কবি কবিশিং অহুগী খ্বাইদগী হেন্না ফবা শৈরেং নংলমদবা য়াই, অহুবু খঙংলিবা শৈরেংশিং নত্রগা শৈরেং অসি মখোয়বু খোমজিল্লিবা মীওইশিং অসিগী মাঙদা থম্লিবা মীংয়েং অমসুং পাদম খরদদি চপচানা নকশিনবা ঙম্মে হায়বসি চেংনা থাজ্জে।

মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা শৈরেংগী মশক অমা য়াম্না কন্না চঙলকপা হৌরকখিবসি অনীশুবা পৃথিবীগী লাঙ্গাওগী মতুংদনি হায়না লৌনরি। মতম অসিদগী হৌনা ঐখোয়গী সমাজ অমসুং পুন্সী অসিদা ইনৌ নৌবা মীংয়েং অমগা লোয়ননা য়েংবা হৌরক্লুনা ঐখোয়গী শৈরেংশিংদা অনৌবা ছন্দ, রাখল অমসুং মুদ অমা পীবা তম্মীরক্লি। হান্নগী চাউবা অমসুং কমলগী মতমদা ফাওখিবা পুন্সীগী মীংয়েং ফিদম, পি-থাদোইগী নত্রগা তাম্নাগী ঈশৈদা থরায়না লুপ্পা ঙমখিবা, থম্বাল অমা নত্রগা রাকচীংগী গুলাপ অমগীদমক পি শীন্থনা কপখিবা মতুগী পুন্সী অমসুং মঙ অতুদগী তোখাইনা তারক্লি। অকিবা, লাঙতক্লবা, মুংনাংবা, মফম খঙদবা চৈনা, হংবগী লোইবা নাইদবা. লম্মাঙনরবপ অমদি নাইতোম তারকপা পুন্সীগী মশক, অসিনচিংবা চৈথেংশিং অসিনা অনৌবা শৈরেংগী মশক লাক্লনবা হোৎনরক্লি। অস্নুম্না হোংনক্লিবা অনৌবা মুদ অমসুং এক্সপরিএন্সশিং অসিনা ঐখোয়গী অনৌবা সাহিত্য অমসুং কলাগী পুন্সীবুসু কোন-শিল্লক্লুনা মাওইবগী সভ্যতা অমসুং যুগ অসিগী অচৌবা রাহং কয়াদা ঐখোয়গী এ বিশিংসু শরুক য়ারক্লি। হান্নগী মমাঙগী মীরোলশিংনা উরম্বা অমসুং ফাওরম্বা পুন্সী অমসুং সমাজগী মশক, ধর্মদা অচেৎপা থাজবা লৈরম্বা, মোরেলিতিদা কাহেন্না রাখল পীরম্বা, অসিনচিংবা মশকশিং অসিদগী নোংম নোংমগী তোখাইনা তাহল্লক্লি। অস্নুম্না থাদোকপা ঙমদ্রবা অচৌবা 'অহাঙবা' অমা ঐখোয়গী সমাজ অমসুং পুন্সী অসিদা উবা ফংলক্লি — হান্নগী সমাজ অমসুং পুন্সী, মতুগা লোয়নরম্লিবা শক্তম কয়া তপ্পা তপ্পা মাঙশিল্লক্লি অতুগা মতুগী মহুৎতা অনৌবা সমাজ অমসুং পুন্সী অমসু মপুংফানা য়োরকপা ঙমদ্রি।

মসিগী ‘অহাঙবা’ অমসুং ‘লম্মাঙনবা’ মরক অসিদা নাইতোম ওইনা তরক তরক লেপ্তুনা অনৌবা লমদম অমসুং সমাজ অমগীদমক্তা লাঙতক্নবা হৌরক্লিবা মূর্ত্তি অসিনা লান মতুংগী মণিপুরী শৈরেংগী থরায় অমসুং থিম ওইবি। জাতি অসিগী তুংগী ভাগ্য বিধাতাগী-দমক্তা ঐখোয়গী কবিশিংনা লাঙতক্নরক্লি ঐখোয়গী থরায় অমসুং হৃকচাং অসিনা নীংথিনা পোখাজবা য়াবা পম্মুং অমা থিরক্লি, ঐখোয়গী অকোয়বদা লৈরিবা শক্তিশিং অমসুং মপালগী লমগী চৈথেং কয়ানা মচেং মচেং তানা তকখায়বক্লিবা হিংবগী চৈনা অসিগী মবক্তা ঐখোয়গী অশেংবা ইশক ঙাক্নবা হোৎনরক্লি। মসিনা অয়াম্বা হেন্না নহা ওইবা কবিশিংগী অচৌবা থিমনি অমসুং মখোয়গী শৈরেংশিংগী থাদোকপা ঙমদ্রবা পোৎলম অমনি। মসিগা লোয়ননা যুগ অসিগী গমসুং মীওইবগী হেন্না চাউবা অমসুং লুবা ব্লাহং অমসুং সমস্যা কযাদসু তোঙান তোঙানবা মীৎয়েংদগী শরূক য়ারক্লি।

* অসুম্না চংথবক্লিবা অমদি হোংলক্লিবা থিম, এতমোসফ্যাব অমসুং মুদশিং অসিগী পবিংদা ইংগান হান্না শৈরেং ইবা হৌরকথিবসি শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহনি। মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা ছন্দ অমসুং অনৌবা মুদ ইংগান হান্না ফোঙদোবকথিবনা কবি অসিনা ইংগান হানবা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী লময়ানবনি হাযনা লৌনরি। অদুবু শ্রীনীলকান্তগী শৈরেংশিংদা উরিবা দি নীংবা কায়বা, আশা যাওদ্রবা, থাজদবা মাঙখ্রবা, নৈখা তানা মাঙলবা সমাজ অমসুং পুন্সীগী মশক অদু ঙাক্তা নত্তে। শক্তমশিং অসিদি যেক্নবা হোংনববসু পুন্সীগী ফজবা খবদি মাঙনা উহল্লি গুংশি মুৎশিবা থাউমৈগী মঙালগুম। সমাজগী চৌশিংবা, অথাবা অমদি তুক্কচবা মশক কয়া থম্মোয়দা ফাওববসু অমদি মতুগী অশেংবা মূর্ত্তি খরদি য়েক্নবা হোংনরবসু লোম্না নাপ্লদা শোননগুম্বনি, ঈচঙ থোনা লাউনা হায়বা ঙমদে। অদুবু মসিদসু কবিতাগী ফজবা অমদি তোপ্পা লৈজে। শ্রীনীলকান্তগী কোপ তোপ্পা কবিতাগী মশল অমদি তোঙানবা

ইমেজবি অমস্নুং মূর্ত্তি মযাম লৌশিল্লগা য়াম্না ফজবা ওর্গেনাইজেসন অমা থম্বা ঙম্বা অসিনি। মসি মহাক্কী অযাম্বা শৈবেংশিংদা তক তরুনা উবা ফংবিগনি।

অহুবু স্টাইল অমস্নুং টেক্নিকতা হেন্না মপুংফানা থোবকখিবা কবি অমদি শ্রীলাইশ্রম সমবেন্দ্রনি। মাযৈগ অসিদা সমবেন্দ্রদি মণিপুরী সাহিত্যদা অকনবা ফোস অমনি। শ্রীসমবেন্দ্রগী অযাম্বা শৈবেংশিংদি পবেং খবতনা শাবা, অতেনবা শৈরেং ভাক্তনি অহুবু অর্থ মপুংফানা খঙদ্রিবৈদা অমস্নুং নৈনদ্রিবৈদা মহাক্কী স্টাইল অমস্নুং টেক্নিক অসিনা ইন্নুংদা নুংঙাযবা অমা অপাবশিংদা পী। মসি ইচম চম্বা খূদোল নত্তে। লাইশ্রম সমবেন্দ্রগী অতোপ্পা য়াম্না ফজবা টেক্নিক অমনা অকোযবদা উবিবা সমাজগী অর্থীবা মূর্ত্তিশিং অসি উৎননবা হোংনবকপা মতমদা অশাউবা উংপগী মহুৎতা করেম্নবা, কপ্পগী মহুৎতা গতি নৈতনা নোকনবা হোংনবকপা অসিনা অপাবশিংগী মফমদা ঈ থোকহল্লনা চৈ অমা পীতুনা অকোযবদা থোক্লিবা থৌদোকশিং অসিদা রাখল সেহন্নবা হোংনবকপা অসিনি। মবম অসিনা ইচম চম্বা থৌদোক তাস্ন মীশকশিংনস্ন সমবেন্দ্রগী শৈবেংশিংদা অচৌবা শক্তক লৌবি। মসিগী মতাংদা সমবেন্দ্রনা শীজিন্নবিবদি যাম্না অশেংবা নত্রগা ফজবা পোংশক অমগা মহুগী ওম্নৈনবা নত্রগা নোকহনবা ঙম্বা থৌদোক অমগা পুন্না থম্মিন্নবগী টেকিক অসিনি। মসিগী মশক অসি কবি অসিগী অযাম্বা শৈবেংশিংদা খেংনগনি।

অহুবু অনৌবা মণিপুরী শৈবেংগী মশক অসিদি শক্লোন কযা থোবক্লি। শ্রীবীরেনদগী হৌনা চথবক্লিবা অনৌবা শৈবেংগী খোঙচৎ অসিদনা হেন্না অকনবা ফোর্স, মূভমেন্ট অমস্নুং লাইফ, মৈথিথোক্লা চাক্লিবা নুংগী অশাওবা মশক কযা হেন্না থৌনাফনা অমদি ইতিং তিংনা ফোঙদোবকপনা অনৌবা কবিতাগী মূভমেন্ট অনা মণিপুরী শৈবেংদা চঙশকপা হৌবে হায়না লৌখা য়াই।

মুভমেণ্ট অসিগী মন্নুংদা শ্রীবীরেন, থাংজম ইবোপিশক, রনজিৎ ডব্লিউ অমসুং যুমলেম্বম ইবোমচা যাওবি। অচুবু কবিশিং অসি পুন্না কন্মিন্নরুবদনি, তোঙান তোঙানবা মশক অমসুং মায়থোঙনি।

শ্রীবীরেনগী তোপ তোপ্পা মফম অমা মণিপুরী সাহিত্যদা লৈবা তাববদি যাম্না ইচঙথৌনা চোপ্পা লেম্বা অমসুং ফজবা অর্থীবগী রাকম অসি হুন্দোক্লগা অকোযবদা থেংনবিবা পুন্সীগী অচুম্বা অসি ইতিং তিংনা থম্মোযদা ফাওবকপা লোন্দা অমসুং মশক্তা তম্বা ঙম্বগী গুণ অসিনি। মায়গৈ অসোমদা মহাক অসি, মথক্তা হায়জখিবগুম্বা মণিপুরী সাহিত্যদা ইনৌ নৌবা স্কুল অমসুং মুভমেণ্ট অমবু রিপ্রজেণ্ট তৌবি। সমাজগী তৌশিন্নবা অমসুং ওইদবা মযাম অসিগী রাবী থম্মোযশোক্লা লীবগী মহুত্তা যাম্না শাওবিবা নহা অমগী মশক্তা হাযনীংবতু হাযবকই ঙাঙনীংবতু ঙাঙলকই। মসিনা হায়্না চৎনবম্বা সাহিত্যগী চেংলবা যুম্ফম অমবু মখোঙদা নীকহনবা হৌবকই। লম্মাঙনবকপা পুন্সীগী মশক, শম্নদ্রবা মচেৎ মচেৎ কাযশিল্লব্রিবা পুন্সীগী এক্সপরিএন্স, পাউথুম ফংদ্রবা রাহং কযা, ক্রাইশিস অফ আইদেনতিতি অসিনচিংবা শক্তমশিং অসিসু শ্রীবীরেনগী কবিতাগী মপুংওইবা থিম অমসুং থরায় ওইবি। হিংনা হিংনা পুন্সাগীদমক নিপ ইবকপা, পল্লেপফম থঙদ্রবা খোঙচৎকীদমক লাঙতক্লবকপা, ঈশ্বর শিঙ্গবদা মী ওইবনা ওইহৌবা অহাঙবা অমসুং নাইতোম তাবকপগী মশক, খোঙদাকম অমসুং লৈতাফম থঙদবা পুন্সীগী মূর্তিশিং অসিসু মহাক্কী শৈরেংশিংদা অনৌবা নত্তে। অসুম্না হেন্না চাউবা অমদি পাক্লবা মূর্ত্ত অমগী মনুংদা ইশাগী লৈহাউ অসিদগী ফংলকপা এক্সপরিএসশিং অসি হাপচিন্দুনা অপুনবা শক্তম অমা শেমলক্লবা তোংনবকপা অসি শ্রীবীরেনগী ফজবা মশক অমনি।

থাংজম ইবোপিশক্কী শেরেংশিংগী মপুংওইবা শক্তমদি পিস্সাননা হোংহল্লক্লিবা পুন্সীগী নাইতোম তাবকপা বাখল, থাইনগী শাগৎপ্রবা ভেল্যুজ কয়াবু মকন্নক্লা মাঙশিল্লকপগী মশক, মীওইবনা মহাক্কী

অকোয়বদা লৈরিবা ইনভাইরনমেন্ট অসিগা চুশিন্নবা ওমলক্কব তোখাইনা তারকপগী মুর্ত্তিশিং অসিনি। মসিগী মুর্ত্তি অসিগা লোয়ননা নহা ওইরিবা কবি অসিনা হংলকই রাহং কয়া ধর্ম্মদা, চংনবীদা, রাজনীতিদা অমদি ঐখোয়গী লৈঙাকলোন অসিগী পেন্দবা মশক কয়াদা। ঐখোয়না অচুম্বনি হায়রহ্না থাদোক্কনা কোন্দুনা ধর্ম্মগী মশক অমদি লম অসিগী মীওইশিংগী ভাগ্য বিধাতাবু কুপ্পা শেন্নহ্না লৈরিবা ঐখোয়গী মীহুৎনি হায়রহ্না চোংথোরক্লিবা লৈঙাকলোন পুরিবশিংগী মায়োক্তা অচৌবা শীংনবা অমা য়াম্না ইচঙথৌনা পুখংলকই। অদুবু করিগুম্বা মতাং থরদদি নীংবা কায়বা, তুক্কচবা, জ্ঞান তারক্কবা অমদি চমম্নরকপা পুন্সীগী মশক নত্তনা কবি অসিগী মাঙদা করিমত্তা লেমহৌরব্গুম ফাওরকই। মসিনা হেন্না লবা অমদি মনুং হুনজিনবা রাখলগী খোঙচং অমদা চঙশিল্লক্কুনা লেঙরবা কবিতাগী মশক খরদি মতুংদা উহল্লক্কনি হায়বসি চেৎনা থাজে।

* শ্রীযুমলেম্বম ইবোমচা সিংহসু চপমান্নবা মচু অসিদা শঙমিন্ন রকপনি। অদুবু মহাক্কী শৈরেংশিংদা থাদোকপা ওমত্রবা 'রোমানতিক এংগুইস' অমা ইয়োয়দ লোয়নহ্না পুরকপা অসিনা কবি অসিবু সমাজগী অথীবা অমদি তুক্কচবা শক্লোন কয়াগী অচৌবা সমালোচক অমা ওইহনবগী মহুৎতা হেন্না ফজবা, মপুংফাবা অমদি মচা খায়না লেংশিল্লবা পুন্সীগী মশক অমগীদমক লাঙতক্লরিবা রোমান্তিসিষ্ট অমা ওইনা ফাওহল্লি। অদুবু কবিগুম্বা মতাং খরদদি য়াম্না নীংবা কায়না ফজবা, অচুম্বা অমদি অফবা পুন্নমক মাঙগ্রবদা ওইহৌবা পুন্সীগী মশক অদুদগী ফংহৌবা তপ্পা তপ্পা লৈথা তারকপগী মহাউ অমসু মহাক্কী শৈরেংনা পীবকই। মসিনা মায়গৈ অমরোমদা সমাজগী মুংদা চাকথেকলক্লিবা অমদি তপ্পা তপ্পা শিথরক্লিবা পুন্সীগী মশক অমনু থিন্দুনা উৎংলকপনি। পুমথরক্লিবা পুন্সী অমসুং সমাজগী মশক অদি উৎংলক্কবা হোৎরকপদা ইশামক্কী পুন্সীবুসু রাংনা

চাক্লিবা মৈরি অমগী মন্নুংদা চোংশিন্দুনা মাঙহন্নবা হোংনরকপা অসি, প্রমান অময়োমদা, পেন্দবা অমদি নীংবা থুংদবা কয়ানা কুপ্লিবা সমাজগী মায়োক্তা থুম্নকপা লমন অমনি। মসিনা খরমখৈদি য়ুমলেম্নম ইবোমচাগী কবিতাগী মশক তাক্লি। মসিগা লোয়ননা মহাক্কী শৈরেংশিংনা যুগ অসিগী থাদোকপা ঙমদনা লোয়নরক্লিবা রাখল অমসুং মুদ কয়াদসু শরূক য়ারি।

*শ্রীরাজকুমার মধুবীর অমসুং রনজিৎ দল্লিউগী শৈরেংশিংসু অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী চত্থরক্লিবা খোঙচৎ অসিদা তোপ তোপ্লা শরূক য়ারক্লি। অকোনবগী কবি অসিমদি মশাগী লনাইগী লাইরিক ফোঙহনা হেন্না নীংথিনা নৈনবগী তাঞ্জা ফংদ্রি। অতুবু মহাক্কী শৈরেংশিংদা অনৌবা ছন্দ অমসুং অনৌবা মুদ অমা পীরকপনা মণিপুরী শৈরেংগী অনৌবা খোঙচৎ অসিগী মন্নুংদা য়াম্না লায়না কোনশিনবা ঙম্মি। শ্রীরাজকুমার মধুবীরগী অয়াম্বা শৈরেংশিংদা যুগ অসিনা পুরক্লিবা মহাউ য়াওরক্তবা, হৈনীংবা পুম্নমক মাঙখিবা, ইশামক অমসুং অকোয়বদা লৈরিবা পোৎশক খুদিংমকপু থাজনা উবা ঙমলক্তবা তপ্না তপ্না মীওইবনা মহাক্কী চেৎলবা খোঙফম অসিদগী হন্দোরক্তুনা অমম্বা খোঙচৎ অমগী মন্নুংদা চঙবা হৌরকপগী মূর্ত্তি অসিনি। মসিনা মহাক্কী শৈরেংশিংসু অনৌবা যুগ অসিগী শরূক অমা ওইহল্লক্লি। মখোয়শিং অসিগা লোয়ননা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী খোঙচৎ অসিগী মন্নুংদা তোপতোপ্লা মশক অমসুং ছন্দ অমগা লোয়ননা য়াওবা হৌরক্লিবা কবিশিংদি শ্রীকাঙজম পদ্মকুমার, সনখ্যা ইবোতোম্বী অমদি জ্যোতিরিন্দ্র লুরাঙ অসিনচিংবনি।

হায়রিবা কবিশিং অসিবু অনৌবা শৈরেংগী খোমজিনবা লাইরিক অসিগী মন্নুংদা হাপচিনবগী মতাংদা শৈরেং খোমজিল্লিবা কাঙবুশিংগী মায়গৈদগী পাদম অমা অস্মু্না লেপ্লি মতুদি—(ক) চাউবা কমলগী কাঙলুপকী শৈরেংগী মতুংগী শৈরেংশিংগী ওইগনি

(খ) অনৌবা খোঙ্গেল তাবা ফংবা শৈরেংশিং ওইগনি। (গ) অতৈ লোলগী শৈরেংশিংগী মমি য়াম্না তাবা শৈরেংশিংদি খনবদা কয়া থৌশারোই। (ঘ) জেম্যুন ওইবা শরূক য়ারিবমখৈ চোকশিন্না থিগনি। (ঙ) থিনদি মখল মখাগী ওইগনি।

ইশম শম্না হাযববদা, অনৌবা ছন্দ অমসুং অনৌবা মুদ অমা পীনবা হোৎনবনা অনৌবা শৈরেংগী খোমজিনবা লাইরিক অসিগী মপুং ওইবা মীৎযেং অমসুং পান্দমনি। মসিনা শৈরেং খোমজিন্নবা কাঙবুশিংগী পূকীংদা ফাওবিনা "অতোপ্পা খোঙ্গেল" অমা অপাব-শিংদসু তাৎনবা ঙম্নবদি, ঐখোযগা থম্মোয়দা লাঙতক্লবিবা খবমখৈদি কোকহনবা ঙমলে হায়না লৌজগনি।

হাওবম গৌরদাস
থোকচোম যোগেন্দ্র
নোংথোম্বম শ্রীবীরেন
লোংজম জয়চন্দ্র

## ২রা খুৎলমগী মতাংদা য়াহৈ খরা

"অতোপ্পা খোল্লেল" শৈরেংগী খোমজিনবা লাইরিক অসি অহানবা কোওখিবা ইং ১৯৭৫ গী মে থাদনি। অনীশুবা চাউথোক্লবা খুৎলম (Revised and enlarged edition) ওইনা চহী ১৮ গী মতুংসিদা অমুক পুথোক্লি। অহানবা খুৎলমগী লাইরিক অসি লৈথিল্লবা মণিপুরী সাহিত্যগী সমালোচক অনী হাওবম গৌরদাস সিংহ অমসুং খোকচোম যোগেন্দ্র, অহুগা কবি শ্রীবীরেন অমসুং অনীশুবা খুৎলম অসিগীসু বোর্ডকী মেম্বর ওইনা লৈরিবা লোংজম জয়চন্দ্র— মীওয় মরিনা বোর্ড ওফ ইদিটরসকী মেম্বর ওইবিদুনা পুথোকখিবনি। ২রা খুৎলমগী বোর্ডনা ইবিরম্বা লাইরিকসিগী য়াহৈদোক অনীশুবা খুৎলম অসিদসু কায়দনা অহুমক থমজরি।

হৌখিবা খোঙচত্তা অহোংবা কয়া লাকখ্রে; অনৌবা কবি কয়া থোরক্লে অমসুং শৈরেং লাইরিক কয়া ফোঙনখ্রে। হোংলক্লিবা শৈরেংগী খোঙচৎ অসিগা চান্নবা য়েংদুনা লাইরিক অসিগী অনীশুবা খুৎলম অসি মশক মওঙ হোংদুনা চাউথোকহল্লে। হান্না য়াওরিবা কবি খরগী শৈরেংশিংগী মথক্তা অনৌবা শৈরেং খরা হাপকৎলে; অনৌবা থোরকপা কবিশিংগীসু, চহী নৌরিবা নহারোল কবিশিং-ফাওবা য়াওনা য়ারিবমথৈ কোরশিন্নবা হোৎনদুনা, মখোয়গী শৈ-রেংশিং হাপচিল্লে। হান্নগী খুৎলমদগী হোংলকপা অমনা— নুপী কবি মরিপী শৈরেংশিংসু অনীশুবা খুৎলম অসিদা য়াওরি।

আধুনিক মণিপুরী শৈরেংগী ঈচেল অসি অনীশুবা পৃথিবীগী লান্নাও মতুংদগী অনী খোন্না লাকই। (লাইরিক অসিগী ২রা খুৎলমগী য়াহৈদোক য়েংবিয়ু) চাউবা, কমল অচাওবলনচিংবা

খুৎমাবা কবিশিংনা শাগৎলম্বা রোমান্তিক কবিতাগী পরম্পরা ইন্দুনা চথরিবা কবিশিংগী শৈরেংগী ঈচেল অমা ; ইং ১৯৪৯ গী মতমদগী হৌরকপা শ্রীনীলকান্ত অমসুং শ্রীসমরেন্দ্রনা মাঙজিন থাজুনা শেম-গৎলকপা অনৌবা শৈরেংগী ঈচেল অমা ঈচেল অনীমক্তা ঐখোয়গী কবিশিংগী শৈরেংশিং লেপ্পুনা খূদোল তমতুনা লাক্লি— অহল্লোন কবি অয়াম্বনা নহারোল খরসু য়াওনবা নত্তে) হান্নগী শৈরেংগী পরম্পরাদা পামজনা ইল্লি ; নহারোল কবি অয়াম্বনা শৈরেংগী ঈহৌদা শরূক য়ারি।

লান মতুংগী অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী মশক্তি নোংচুপকী শৈরেংগী ( খোইদোক্লা ইংলিশ কবিতাগী ) মোডর্নিজমগী মশক, মচু, খোঞ্জেল অমসুং মরমচৎ চেল্লি। শৈরেংশিং অসিদা মণিপুরগী সমাজিক, রাজনৈতিক অমসুং শেলথুমগী ফীভমশিং অমসুং মসিগা শাগোন্নবা সমস্যাশিংগী হাকথেংনবা মমিশিং তাবা ; মণিপুরীগী ওইবা ট্রেডিসন, কলচর, ধর্ম্ম অমসুং মসিগী অপূনবা ইথোজদা মীৎয়েং থিংজিনবা ; শৈরেংশিংগী কল্পনাগী শেমগৎ শাগৎপদা *(creative imagination)*, অশেংবা অওইবা মতৌ *(reality)* গা নকশিন্ননা থোং মান্ননা চৎমিন্নবা ; মরমচাবা *(reason)* মীৎয়েং লৈবা ; ইমোসন অমসুং ইন্তেলেক্ট অনী খল মান্নহনবা ঙম্বা ; যুগকী মতমগী ওইবা ঈরাংশিং অমসুং পৃথিবীগী অহোংবা অওনবা ইন্তে-লেকচুরেল এটমোসফ্যারদা মীৎয়েং থিংজিনবা ; মতম সিগী মীওইবগী লুংগী ফীভম অমসুং মীওইবগী মমলদা *(human values)* লুপ-শিন্দুনা থিবা অমসুং রাহং কয়া তৌবা— অসিনচিংবা শৈরেংগী মরমচৎশিং উবা ফংই। হায়রিবা মরমচৎশিং অসি চেনবনা ( কবি কবিগী ওইনা অথোই অহেন চাং খেন্নরবসু ) অনৌবা মণিপুরী শৈরেংনা মোডর্নিতিদা চঙলে হায়না লৌবনি।

ঐখোয়গী কবিশিং অসিগী থাদোকপা ঙমত্রবা অতোপ্পা শৈরেংগী মরমচৎ অমনা— রোমান্তিক ওইবা পূক্নীং ঈহূন, সেন্সি

বিলিটি অমসুং মসিগী এলিমেন্তশিং য়াওবা অসিনি। মসি ঐখোয়গী অনৌবা শৈরেংগী কাওলুপ্তা চনবা কবি অয়াম্বগী শৈরেং-শিংদা অখোই অহেন নাইনা লৈবা থেংনৈ। অনৌবা শৈরেংগী য়াওজিন থাবা কবি নীলকান্তদা রোমান্তিক সেন্সিবিলিটিদগী পোক্লকপা শৈরেংশিং য়াওরি — চংলসিনে কদাইদনো ইবানি ; নীং-শিংলিযরা মনোরমা ; নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখী ; ওসিগী বসন্তগী অয়ুকসিদা ( শৈরেং মরিমক "চংলসিনে কদাইদনো ইবানি" দা য়াওই ) ; অসিনচিংবা। শ্রীসময়েন্দ্রগী অওনবগী শৈরেং 'লৈ লাংবা' ( অহানবা ফোওবা ইং ১৯৪৬ ) রোমান্তিক এলিমেন্ত য়াওবা লিরিক কবিতানি। মহাকী 'অহলগী মতুং ইন্নবা' ; 'ধন তাং তাং' ; ("রা অমতা হায়গে তেলঙ্গা") ; 'শজিবু' ("পরিষদকী মণিপুরী শৈরেং লাইরিক") ; 'ঈশৈ' ("খুল অমগী রারী")— অসিনচিংবা রোমান্তিক সেন্সিবিলিটিদগী পোক্লকপা শৈরেংশিংনি। শ্রীকাওজম পদ্মকুমার সিংহদা রোমান্তিক অমসুং মোডার্নিজমগী শৈরেং মথল অনীমক পুন্না লৈ। শ্রীবীরেনগী অওনবগী শৈরেংশিং 'ঐগী ঈশৈ' অমসুং 'থরায়গী লমদমদা' ("লাই অমগী বিন্দু," ইং ১৯৬৬) দগী হৌরগা "মপাল নাইদবসিদা ঐ" ( ইং ১৯৮৯ ) লাইরিক্তা য়াওবা শৈরেং খরদা, খরনা চপচানা রোমান্তিক ওইবা, খরদনা মসিগী এলিমেন্ত চওবা থেংনৈ। বাঃ কুঃ মধুবীরগী শৈরেংশিংদসু ( থোই-দোক্না "মচু মচুগী আতিয়া" শৈরেং লাইরিক্তা ) রোমান্তিক শৈরেংশিং যাওরি। অতুগা লাইরিক অসিগী বোর্ড ওফ ইদিটরসকী মেম্বর ওইরিবা কবি অনী ইবোপিশক অমসুং ইবোমচাগী শৈরেংশিংদা— ইবোপিশক্তা মাগী অহানবা শৈরেং লাইরিক "অপাইবা থরায়" দগী হৌদুনা মতুং তারকপা শৈরেং খরফাওবদা রোমান্তিক চপচানা ওইবা নত্রগা মসিগী এলিমেন্ত চওবা ; ইবোমচাগী অওনবগী শৈরেং-শিংদা 'রোমান্তিক এংগুইশ' য়াওবা ( ১বা খুৎনমগী রাহৌদোক যেংবিয়ু ) ; অতুগা মাগী অকোনবা ফোওবা শৈরেং লাইরিক "রাজ-

কুমারী অমসুং উচেক মচাশিং" অসিগী শৈরেং খরাদা রোমান্তিক এলিমেন্ত চঙবা থেংনৈ।

ঐখোয়গী কবিশিংনা রোমান্তিসিজম ওইরবদগী মোতশিং ওইরকপা অমসুং মোতশিং ওইবা হৌরকপা রোমান্তিসিজমবা খৈদরকপা অহুনক উবা ফংই। অহুমা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী হোৎনজিনবা শক্তমশিংদা, চপচানা রোমান্তিক ওইবা নত্রগা মসিগী মচাশিং (romantic elements) য়াওবা শৈরেংশিং অসিগী মমাংদা কবিমা লমক্কী য়ারবা ঐখোয়না লৌই। অহুম কবিশিং অসিগী রোমান্তিক ওইনত্রগা রোমান্তিক এলিমেন্ত য়াওই হায়রিবা শৈরেংশিং অসি চাউবা কমলগী মতমগী রোমান্তিক শৈরেংশিংগা মান্নি ভোংডাক্লি। অকোনবগী কবিশিং অসিগীনা মতমগী পুন্সি মহিংদা শাগোরবা রোমান্তিক সেন্সিবিলিটিদগী পোক্লকপা শৈরেংশিং ওইরবসু মত্রগা চপচাবা রোমান্তিক ওইবা পুক্নিং ঈহুদগী থোরকপা (intense romantic feeling) শৈরেং ওইরবসু— কোক্তোকপগী মওং, ষ্টাইল অমসুং টেক্নিক্তা হায়লগী পুমহোং হোংবা, সিম্বোল, ইমেজরী অমসুং এলুজনশিং শীজিন্নবদা নৌবা ( চাউবা-কমলগী মতমগীগা খেন্নবা ) উবা ফংই।

অহুনা চংথরক্লিবা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী মশক মওংগা চান্নবা বোর্ড ওফ ইডিটরসনা য়াম্না কুপ্না খন্‌-নৈনরবা মতুংদা লাইরিক অসিগী অনীস্সুবা খুৎনমগী অনৌবা ক্রাইটারিয়া মথাগী অসুম্না লেপ্লি :—

১ ) চাউবা— কমলগী কাওলুপকী মতুংগী অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী খোমজিনবা লাইরিক ওইগনি।

২ ) লাইরিক অসিগী মমুং চনগদবা কবিশিং খনবদা, কবিশিং অহুগী চংথরক্লিবা শৈরেংশিংগী মপুং ওইবা মশক্তগী লেপকনি। কবিশিং অহুগী শৈরেংশিংগী মপুং ওইবা মশাক্তা মোতনিগী মশক চেনগদবনি।

৩) শৈরেংশিংগী হীরম *(theme)* দি মখল মখাগী ওইগনি।

৪) শৈরেংশিংগী হ্ীরম মখল মখাগী ওইনা য়েংলকপদা রোমান্তিক খিমদা ইবা শৈরেং খরস্থ কোনশিনবা য়াই। তৌবতবু রোমান্তিক ওইবা শৈরেং অদু ফোঙদোকপদা অনৌবা টেক্নিক অমস্থুং ষ্টাইল শীজিন্নবা (চাউবা-কমলগী কাঙলুপকী শৈরেংশিংগী মফোঙদোক্কগী খেন্নবা) ওইগদবনি।

৫) য়াওগদবা শৈরেংশিংগী মশাগী ওইবা মশক *(authenticity)* চেকশিন্না থিগনি। অতৈ লোলগী শৈরেংশিংগী মমি তাবা শৈরেংশিংদি খন্নবদা য়াওরোই।

৬) শৈরেং লাইরিক অসিনা তম্নবা লাইরিক *(text book)* ওইরবনিনা, শৈরেংশিং খনবদা য়ারিবমখৈ তম্না য়াগদবা অফবা শৈরেংশিং যেংহুনা খনগনি। শৈরেংশিংগী ভাব পরিংদা লংলা লংজিন মাঙদবা *(obscure* ওইদবা), অচোপ্পা রাহৈশিং অমস্থুং ইমেজরী *(obscene words and imagery)* য়াওদবা য়ারিবমখৈ চেকশিন্না য়েংগনি।

৭) লাইরিক অসিগী অনীস্থবা খুৎনমদা নৌনা হাপচিনগদবা কবি পুন্নমক য়ামদ্রবদা মশাগী শৈরেং লাইরিক অমমম ফোঙলবা ওইগদবনি।

(অহানবা খুৎনমগী রাহোদোক্কা য়াওরিবা হান্নগী ক্রাইটাবিয়াস্থ য়েংবিযু)

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা কবিশিংগী মহুংদা —সমরেন্দ্র, নীলকান্ত, পদ্মকুমার, মধুবীর, শ্রীবীরেন, ইবোপিশক, ইবোমচা, ইবোতোম্বী, রনজিৎ অমস্থুং জ্যোতিরিন্দ্র লুরাঙ; কবি তরা অসি অহানবা খুৎনমদগী য়াওরক্লবা কবিশিংনি। কবিশিং অসিগী মহুংদা কবি খরদি মখা তাবা ইরক্কবা থেংনবিগনি। অদু ওইরবস্থ, মতম অতুগী শৈরেংগী মশক লাকপা ঙম্নবা মখোয়গী শৈরেংশিং অদুম

কারণনা থল্লি। কবিশিং অসিগী মন্নুংদা কবি থরগীদি হান্না য়াওরম্বা শৈরেংশিংগী মথক্তা অনৌবা থন্না হাপচিল্লি। মখোয়শিং অহুদি—সমরেন্দ্র : মুর্তি (লাঃ ৯), নীলকান্ত : মঙাল (লাঃ ২১); ইমাগী মশিন্ন (লাঃ ২২); কাঙজম পদ্মকুমার : উচেক মচা অমগী মঙলান (লাঃ ২৫); মুর্তি অমা (লাঃ ২৬); রাঃ কুঃ মধুবীর : উরক নারকসিদা (লাঃ ৩৬); লাম্বোকথিনবা মফমসি (লাঃ ৩৮); শ্রীবীরেন : মপাল নাইদবসিদা ঐ (লাঃ ৫১); ইবোপিশক : ঐ অমসুং ঐগী ইমা (লাঃ ৬০); ইবোমচা : হনুবী অমসুং পোত্তর (লাঃ ৭৬) শৈরেংশিং অসিনি।

লাইরিক অসিগী অনীস্লুবা খুৎনম অসিদা নৌনা হাপচিল্লকপা কবিশিংনা— শ্রীসোগাইজম ব্রজেশ্বর সিংহ (লাঃ ৮৪) দগী চৌরগা শ্রীশরতচান্দ থিয়াম (লাঃ ১৩২) ফাওবদা লৈরিবা কবি ১৮ অসিনি। হান্নগীগা থারগা পুন্না কবি ১৮ অনীস্লুবা খুৎনম অসিদা য়াওরি। অপুনবা শৈরেংগী মশীংনা ৭১ নি।

অনৌবা ক্রাইটারিয়া অসিগী অনীশুবা কাযাত্তা পল্লিবা—'লাইরিক অসিগী মন্নুং চনগদবা কবিশিং থনবদা, কবিশিং অহুগী চথরক্লিবা শৈরেংশিংগী মপুং ওইবা মশক্তুগী লেপকনি। কবিশিং অহুগী শৈরেংশিংগী মপুং ওঈবা মশক্ত। মোডর্নিতিগী মশক চেনগদবনি' হায়বা পাদম অসিদগী কুপ্পা য়েংবদা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা কবি থরগী মতাঙদা বোর্ড ওফ ইদিটবস অসিনা য়েংজবা মীৎয়েংশিং থমজরি।

অহানবা খুৎনমদগী য়াওবক্লবা কবি পদ্মকুমারগী শৈরেংশিংগী মপুং ওইবা মশক্তা য়েংবদা অপাবশিংনা শোয়দনা হংবিনীংগনি—মহাক রোমান্তিসিষ্ট অমরা নত্রগা মোডর্নিষ্ট অমরা? মথক্তসু পঙ্গ্রে শ্রীপদ্মকুমারগী শৈরেংশিংদা রোমান্তিক অমসুং মোডনিজমগী মশক অনীমক লৈ। মহাক্কী রোমান্তিক ওইবা শৈরেংশিংগী মন্নুংদা শৈরেং থরদা মতমগী পুক্সী মহিংগা শাগোম্নবা মশকশিং য়াওল্লি—

পূক্নীংগী ইথক ইহুনশিং. মুদ অমসুং সেন্সিবিলিতিদা রোমান্তিক্কী মরমচং চেন্নবসু, মাগী অকোয়বদা থোক্লিবা সমাজগী অশেংবা মশকশিং, ফীভমশিং অসিগা লাপথোক্নবা লৈতনা চংমিন্রে। সমাজ-দগী চপচানা নাথৈম্নবা, এসকেপিষ্ট ওইরবা, রোমান্তিসিষ্ট নত্তে। অহুগা কবি অসিগী শৈরেং কয়া অমনা মোডর্নিতিগী মশক লৌই।

শ্রীমতী ভানুমতীগী অকোনবা ফোঙলকপা শৈরেং লাইরিক "কল্লবা ইরৈ 'মদা অসুম অসুম" গী অয়াম্বা শৈরেংশিং য়েংলগা, মঙোন্দসু মোডর্নিতিগী মরমচং চেনবা শৈরেং কয়ামরুম য়াওবা উব-দগী, লাইরিক অসিদা মহাক্কী শৈরেংসু হাপচরি। মতৌ অসিগুম্না শ্রীমতী ইবেমপিশক দেবী, মেমচৌবী, বরকন্যা— রোমান্তিক্কী মশক্কা কোম্না কোন্ননা মোডর্নিটিদা চঙশিল্লক্লিবা, মশাম্বী ফীবেপ তাল্লক্লিবা কবি ঙাক্তনি।

কবিশিংগী মপুং ওইবা শৈরেংশিংগী মশক্তগী য়েংবদা, রোমান-তিক্কী পরম্পরাদা চপচানা চঙ্গবা, মখোয়গী শৈরেংগী মফোঙ-দোক্তসু চাউবা-কমলগী মতমগীগা অংম্মক মান্ননা যোকপা, মণিপুরগী মতুং অমসুং মপান্নগী কবি খবদি (মখোয়গী পোখোকশিং য়েংবদা তশেংনমক শীংথানবা য়াববা, মণিপুরী শৈরেংগী লমদা মমিং পল্লববা কবিশিং য়াওরি) লাইরিক অসিদা কোনশিনবা য়াখিদ্রে।

লাইরিক অসিগী শৈরেংশিং খন্নবা হোৎনবদা হৌজিক ফাওবদা ফোঙলক্লিবা মণিপুরী শৈরেংগী লাইরিক অকংবমথৈ বোর্ড অসিনা কৃপা পাহুনা, মতম য়াম্না চঙনা, মীতিং কয়াবক তৌহুনা কবি অমমমগী তোংঙান তোংঙানবা লাইরিকশিং নৈনহুনা য়েংজখি। অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী লময়ানবা কবি অনীদগী হৌরগা, মশাগী মশক লৈরবা, ইস্তাম্লিশ তৌরবা কবিশিং লাইরিক অসিদা য়াওরে। অনৌবা হাপচিল্লক্লিবা কবিশিংগী মতুংদা খন্নমা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী লমদা চহী খরসিদা মশা মশাগী মকমশিং কনবা হৌগ্রবা, মশাগী শৈরেংগী মশক, থোঞ্জেল লৈরবা কবিশিংনি। অহুগা কবি

খরনা ( য়াম্না নহা ওইরিবা কবিশিং য়াওরি ) মশা মশাগী শৈরেং লাইরিকশিং ফোঙনরবা, চপচাবা মশাগী ওইবা শৈরেংগী মশক লৈরবা কবিনি হায়রবা য়াত্রবসু, ফোঙখিবা মখোয়গী শৈরেংশিংগী মশীং অমসুং মতুপ য়েংবদা শীংথানবা য়ানা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী খোঙচত্তা শরূক য়াবা হৌরক্লিবা শৈরেং ইবা মীশক ঙাক্তনি। মখোয়গী শৈরেংশিংদসু মণিপুরী সমাজগী মশক রিএলিষ্টিক ওইনা উৎপা ; মতমগী পুন্সী মহিংগী ( কন্টেম্পরেরি অমসুং মোডর্ন ) সমস্যা কয়াদা মীৎয়েং থম্লকুবা হোৎনবা ; বিজ্ঞানগী অমসুং টেক্নোলোজিগী খোঙচৎকা কোন্নবা মীওইবগী অওনবা অহোংবা ফীভমশিংবু মশাদা ফাওবা ঙম্নবা হোৎনবা ; মখোয়গা শৈরেংশিংনা অপাবশিংগী পুক্নীং চিংশিনবা ঙম্নবা ঙাক্তনি। অতুনা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী এন্থোলোজি অসিদা মখোয়গী মফমসু পীবা হোজবনি।

এন্থোলোজি অমদা য়াওগদবা শৈরেংশিংগী মথং মনাও শেম্বদা, কবিশিং অতুগী মশাগী চহীগী অহল নহাগী মতুং ইন্না শেম্বা ( অহন্না মকোক নহানা মমৈদা লাকপা ) নত্রগা য়াওগদবা শৈরেংশিংগী থীবম (*thematic contents*) য়েংলগা শেম্বা, মওঙ অনী অসিদগী অমা লৌবা চৎনৈ। অতুবু লাইরিক অসিদদি মওঙ অনী অসিমক অমত্তা থোকখিদ্রে। শৈরেং খন্নবা হোৎনবদা মতম শাংনা চঙখিবা, প্রেসতা ছাপা তৌবা হৌনা হৌনা শৈরেং মথং মথং খল্লকপা, অতুনা কবিশিংগী চহী নহা অহল য়েংদনা ( মখোয়গী শৈরেংশিংগী সেট সেটতি কায়দনা থম্মি ) হান্না হান্না খনবা কবিশিংগী শৈরেংনা মমাঙ থাবা তাখি। তহা তহাবা থৌদৌ অসিনা লাইরিক অসি ঐখোয়না পামজবা মওঙ অতুমক্তি চপচানা তাখিদ্রে। ফীভম অসিদগী বানানগী মত্তাঙদসু ইউনিফোর্ম ওইদবা, প্রিন্টিং মিস্তেক য়াওবা, ময়েক চিংথবা নাম্বুবা খরসু য়াওগ্রে। মসি মুংঙাইজদবা অমনি।

লাইরিক অসিগী শৈরেং খনবগী ক্রাইটারিয়া য়েংলগা হাপ্পা য়াবা, ফজবা শীংথানবা য়াবা শৈরেংশিং ইরবা, বোর্ড অসিনা

থিজিনবা য়েংশিনবদা চিংথহৌবা কনাগুম্বা শৈরেং ইবা মীশক য়াওরম্বা য়ারি। মহৈ ফংলবদি মথংগী খুৎনমদা হাপ্পবা অমুক য়েংজগনি। চহী থরসিদা মণিপুরদা শৈরেং ইবা মীগী মশীং য়াম্লে; শৈরেংগী লাইরিক মশীং য়াম্না কোঙলে; অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী মপুংফাবা এন্থোলোজি অমা পুথোক্লবা হোৎনবদা অয়ায়বা থবক ওইদ্রে। মশানা থবক অসিনা অরুবা অচৌবা অমা ওইবনা, লাইরিক অসিগী মপুংফাদবা, অশোয়বা, অরাংপা কয়া লৈরমগনি। হেন্না ফজবা, হেন্না মপুংফাবা, মমুৎ তাবা, ঐথোয়না পামজবা লাইরিকী মশক, তুংগী ওইনা আশা থমজরি।

বোর্ড ওফ ইদিটরস:

ডা. নোংমাইথেম তোম্বী

লোংজম জয়চন্দ্র

থাংজম ইবোপিশক

য়ুমলেম্বম ইবোমচা

(জুন, ৯৯৭)

## লাইশ্রম সমরেন্দ্র



### কোন্নুং কাং তুবদা

ঐনা চিংনবা মীকুপ অমত্তনি
মৈতৈ অমা লাকই
থাঙ পায়হনা লাকই
চিংনবা লৈতনা চঙখি
থাঙনা য়াল্লে গোবি·ন্দগী সিংহাসন্দা !
লৈবাকমচাশা ! লৈবাকমচাশা !
হো লৈবাকমচাশা !
মুপী অমনা কপই মরোন্দি থোক্কে
অহল অমনা হায়জৈ কনাস্থু তাদে
লোইনমক হায় ঐদি খঙদে ঐদি খঙদে
খঙদে কনাস্থু খঙদে
উরবস্থু উদে
য়েংউ অহাঙবদা তিনখয়ে জগৎকী মপু।
থাপ্পা লৈ বিষ্ণুগী অবতার
গণতন্ত্রগী গণদেবতাস্থু মরোল থোক্তবগুম তুমিন্না

## চীং কাসি ঙসিদি

অহাওবত চাসি ঙসিদি ফজবত শেৎসি !
ফজবা ফিরোল শেৎলগা
চীং কাসি ঙসিদি।
কোম্মীরৈ শেৎকেরা
সনারৈ ইনগেরা
থরো শেৎকেরা
থম্বাল ইনগেরা
আঃ ইঙেল্লৈহুম মাল্লে নহাক্তি !
থোরকও ! —থোরকও !
ফজবা ফিরোল শেৎলগা
চীং কাসি ঙসিদি
বোকুল বীরেন হো কুলো।
বিনোদিনী থম্বালশংবী ওন্থোক্লা ফজখরে ফজখরে !
থোরকও ! থোরকও !
ওঃ চেঙ তাঙবা কাঙবু ফি তাঙবা কাঙবু
চিনি লোৎপা থুম লোৎপা আলু লোৎপা
লোইনা থোরকউ নখোয়স্থু ঙসিদি
ফজবা ফিরোল শেৎলগা
চীং কাসি ঙসিদি
অরাংবা চীংদোন্দা
লাইরৈবাক্না শম্নকমদা
শান্নসি ঙসিদি লাইগী মচাশিংগুম্না
ফজবতা শেৎসি ঙসিদি ফজবতা চাসি

ফজবতা খনসি

ফজবতা নীংসি ঙসিদি

ঙসিদবু ফজনা শেংলবদি

চহী অমা ফজগদৌবিবনি

ঙসিদবু ফজনা চারবদি

চহী অমা ফজনা চাগদৌবিবনি।

ঙসিদবু ফজনা খল্লবদি

চহী অমা ফজনা খনগদৌবিবনি।

অহনা লোইনা থোবকউ ইচিন ইনাওশা।

অরাংবদা কাবিবা হো ইচিন ইনাও।

হো খুবা। হো তাদা।

ওংখ্রাক্লা ফজখবেদা নখোয়সে।

চীংদোন্দগী যেংথবকপদদি

হে ভগবান।

অস্থুপ ফজববনে লৈবাক অসিবো

অস্থুপ ফজববনে তম্পাক অসিবো

অস্থুপ নানববনে খাইবম্বন্দ অসিবো

অস্থুপ লিংজেন মান্নববনে মৈতৈ সিবো

ঙঃ লিংজেন মান্নহৌবো মৈতৈ পূম্নমক ঙসিদং

চহী চূপ্পা লিংজেন মান্নবা

অখাপ্পদা লৈবা অনকপদা লৈবা

চীংদা লৈবা তমদা লৈবা

তিন্নহৌবো ঙসিদি চহীচূপ্পা তিন্ননবা

পূকচেন শেংহৌরো ঙসিদি

চহীচূপ্পা পূকচেন শেংননবা

চৈবাওবা মুমিং অসিদা ঙসিদি

ফজবতা শেংহৌরো।

ফজবতা চাহৌবো।

## ঈঙাগী নোং

থাকনা লাউনা শল্লকলে ঈঙাগী নোং চূরল্লে
আঃ অনৌবা নোংগী কুচমানবা শ্যাম
থাক্লা থাক্লা লাউথরক্লে
হে ভগবান হে ভগবান
হৈথরক্লে সহবগী তিনগী প্রেমগী যুমথক্তা
ঈঙাগী নোং
লৈরক খোংবান থ মলক্লে
লম্পাক লমজাও থল্লকলে
হঙোই খোংলক্লে
হৈথরক্লে নোং লেপ্পা নাইদনা
লেপ্পা হৈত্রবা ঈঙাগী নোং।
সহরগী লমজাওদা
মচী মচীদা ঈচেন নাইনা চেল্লকলে
লম্বী ময়াগী য়ুমগী শাইজিন্দা
নোং থুপ্লম্বা ন্নুপা কান্নদবে
চোংনা চোংনা চেনথবে
মতু চোংলবা ঘণ অমুবী অমগুং
লেপ্তুনা লৈহৌবি
লেপ্পা লৈতনা হৈথরি
লেপ্পা হৈত্রবা ঈঙাগী নোং
হৈথরক্লে নোং অমুক্তা হেল্লা
লায়ববগী পীক্লবা শেগাযরবা যুমগী যুমথক্তা
কদায়দনো লায়ববা হাযতুনা।

থোঙ লোনখরে ধনঞ্জয়
মনিঙথোঙ মমাঙথোঙ পৌবোন থাগ্রে ইঙন ঙগ্না
মচা মখৈস্থু লোইনা তৃমখবে
মৈফু মৈজাও মখুৎনা হৌত্থনা
ফম্মিন্নৈ মাগী স্নুপী অতোম্বীগা
শীঙ যেন চহীগী পৈবে
ঙাবী হৱাই ঙমুলৈবৌ
চহী অমগী হেন্না লৈবে
কনাবুনো হৌজিক ঐনা কিগদবা
চুবো নোং হৈথরো
তানিংবা মখৈ তাজবো।
অহাঙবদা য়েংই ধনঞ্জয
হৎলকই অতুগা খঙনা খঙনা কাউখিবদৌনা
ফৌগী মমন্ত্র কয়া য়ৌগ্রবগেনে গোমতী
মায়থোঙ মকা লাম্না অতুবু যাম্না ঈংনা
ঙাঙনা চাকলিবা মৈফুগী মৈঙান্দা
সনা খুদোপ্তা য়েংত্থনা
তপ্না তপ্না ... .. ...
... হায়রকই . ...
লমশাংদনা কুম্ব্রামঙা
নম্বোন্দনা কুম্ব্রাতবেৎ
শীংজমৈদনা কুম্ব্রামাপন .. ..
মায়থোঙ মকা লামই ধনঞ্জয়
অতুদি লেপলোইদৌবিনা মমনসিদি !
মুন্না য়েংই গোমতী
মুন্না য়েংই ধনঞ্জয
লেপ্পা লৈত্তনা হৈথরকজি

লেপ্পা হৈত্রবা ঈঙাগী নোং।
হৈথরকদি নোং লেপ্পা লৈতমা
বাজারগী জিংঘ মথক্তা
চোংপা ওমত্রবা বিলাতিমাটিদা
কক্সোটিনা পূময়েং য়েত্তুনা
রাথল তৌই চুকান্দাব মীচুংথোঙ মনাক্তা
থারোই চেঙ হরাইগী জাং হৌজিক্তি
মুমীৎ নীনীতগা তাথিসন্থ নোং
লেপ্পা লৈতবা হৈথরক্লি
লেপ্পা হৈত্রবা ঈঙাগী নোং।
চংথিদরে ইস্কালগী লম্বীদা
মপূক লাম্লবা চুই নত্তুনা
চুরানবা নত্তুনা
লায়রবা নত্তুনা
য়ুঙাওবা নত্তুনা
শব্দক তরা হেনথরে অহীংগী অমম্বা
ধ্যান্দা লুপথরে মহাজন
( হরি ওম্‌ হরি হরি )
অথাবা স্নয়েটর লীংশিন্দুনা
খূবাম চাউনা ধূপ হাপই
চাকলবা কম্বীদা
গনেশ লক্ষী শিব পার্বতী
ধূপকী মৈথুনা য়োমথবে
থুংলরে লাই কোটি কুম্ভ্রা হুমদোই
পরেং পরেং লাকলে মমাঙদা
পুরি গয়া কাশিদগী
ঋষিকেশ হরিদ্বারগী

শিন্দুর লাইবক্তা পাক্লা নমই
শেমজিল্লি কম্ফোটি
মনিঙথোঙদা থোবকই—
য়েংউ বাহাদুর নীংথিনা লোল্লু থোঙত্থু
নোং চুবা অহীংনি
খঙঙ্ঙু হূরানবা ঙাক্তনি লম অসি
মখূৎ যেৎনা শো লোল্লি
ওইনা অমুক চিংত্থুনা যেংই
লেপ্পা লৈতনা হৈথবকলি
লেপ্পা হৈত্রবা ঈঙাগী নোং।
মীগী থোঞ্জেন তাবকই খঙহৌদনা
মহৈ মহৈ লাউনবকই
ঈশিং নমখায়বে
তুবেন নমখাযবে কেক্রুপাং কাযবে—
মাযগৈ খঙদনা চেন্নবকই—
ঈনক নকনা ঈশিং যৌবকলে
মহাজনগী গুদাম মনুংদা
ঈশিংনা লংখবে খ্বাইবম্বন্দ বাজার
ঈচেন নাইনা চেনখবে
বাজাবগী লম্বী গলি খঙখিদবে
অচৌবা ঈপাক ওইখবে
তাউথবকলে বোবা বোবা মযোম মযোম
তাউথবকলে লাযরবগী ফদি ফবা
তাউথরকলে মতুম মতুম অমোংপা অমাংবা
মাহজনগী ধূপকী কম্বীস্থ মতুগী মবক্তা
লেপ্পা লৈতনা হৈথবকলি অমুকন্থ
লেপ্পা হৈত্রবা ঈঙাগী নোং।

## আফ্রিকাগী ৱাখল্লগী

নহাক্কী অপঙবা ৱাখল্লগী
নহাক্কী অশাওবদগী
কাপথোকখিবা গুলিনা
চাকথেকখি ঐহাক
অকংবা উনা ওইনা কেনখি
তিনখি ঐহাক লৈপাক্তা কেমহুনা উফুন মবক্তা
অহুবু চঙখি অনৌবা উপালদা
ওইরকই অমুক অশংবা উনা
ঐহাক
চাকখি মৈগী গুলিনা খবাক্তা
হাইথখি লৈমায়থক্তা
লমখুমুগুম ওনখি ঐহাক
আতিয়াগী চেক্লানা পুখি ঐহাক্কী থরায়
আফ্রিকাগী সাহারা নাইজেরীয়া
আববকী লৈঙোয়লমদা
ভিয়েটনাম ফৰাসি ইন্দোচিনা
কোরিয়া শীন্না
অনৌবা পাঙ্গন পোকখি ঐহাক্কী
অনৌবা থরায় অনৌবা হকচাং
ঐহাক
হিটলরগী বুটনা নেৎপ্রবা ঐগী হকচাং
তকথায়প্রবা নাতসিগী তেঙ্কনা ত্রেক্তুন্নমা

তাহৎপ্রবা কনসেপ্লেসন কেম্পাতা
থুদেকপ্রবা কেমপ্রবা ঐগী শরম্ন ।
হৌগৎলকই অদুবু ঐহাক
মীওইবগী মীয়ুংশিতগী মতেংনা
মরম্নপ
অনৌবা হুমিৎকী মঙানবু খনজিল্লিবা নহাক্না
নহাক্কী নমথিরবা অপুম্বা সভ্যতা
মতমগা চানদ্রবা
মতমগী ঈচেনগা তিন্নদ্রবা ।
যেংলিবনি ঐহাক
অরাংবা চীংগী চীংদোন্দগী
ঙাইবিবনি অমম্বা লৈচিল্লা মাঙখিবা
নহাক্কী থম্মোয়দগী ।

## হুরানবা মচা

হুবানবা মচা অমখক
হুরানবা তককনা ফাবকম্ব
হুবানবা মচা অদু মথায় থায
হুবানবা কুম্থ্রাতরুক্না নেৎলগা
হুরানবা নীফুনা শেৎপদা

## মুর্ত্তি

ঐনা চৎলুবা লৈবাক খুদিংমক্তা
ঐনা চৎলুবা সহর খুদিংমক্তা
খুঙ্গং খুদিংমক্তা যুমথোঙ খুদিংমক্তা
কলাকরশিংনা

শেমলমদবা লৈতে
শারমদবা লৈতে মুপী ,
লেপ্পা লৈতে লোইবা লৈতে
পেনবা লৈতে খুংহৈবনা কবিনা লাইয়েকপনা
ফিশাননা ফিশাবীনা
সনা শাবনা সনা শাবীনা মুপী ;
খল্লি অহিং মুংথিল
মঙ মঙই শেমই মুপী শাই মুপী ওঃ মুপী !
খুংহৈবা বিশ্বকর্ম্মানা
খনখি থরাই য়াওনা
থাজগী অকোয়বা উরিগী অনৌবা লিনগী শাথেক
কোকিলগী খোঞ্জেন কৈগী তমথিবা পামজনা
অত্থুগা শাখি মুপী
ওঃ পেন্নখি লাইয়াম পুম্নমক ঙরুখি মুপী
মুপী হে মুপী ! লৈবাক খুদিংমক্তা লম খুদিংমক্তা মুপী,
থোরকই শকুন্তলা কালিদাসকী
কেজবী নৌভবী ইকায়খিবী
থোবকই সীতা রামচন্দ্রগী
বাল্মীকিনা পুথোরকই লেন্নজগে মতাঙ্গুম
বন্দা চংলি চহী তরামরি সীতা
মপুরোইবগী মতুং ইন্দুনা
লিংচাবা রাবণগী মখুত্তা বন্দী ওইখি
অচাকপা মৈগী মৈমুংদা চঙহল্লি সীতা
আযোধ্যাগী প্রজা মীয়ামগী মমাঙদা
মৈমুংদগী থোরকই ফুদোংলবা সনাঙ্গুম্না
লংনা সীতা !
কোঙ্গা ঈশিংগী পুন পুত্থনা

চংলি যমুনাগী মপান্দা
তক থৈ তক থৈ তক থৈ রাধিকা
থেক থেক নৌগ নৌ হৱাইমতোল্লা ত্তেকথহল্লি ।
ঐগী লৈবাক্তা
পেনা শকপনা
অঙাংহল্লা
চিংখুবগী মচানুপী
লৈগুল্লা থোংলি মুঙগুল্লা কল্লি
মোনালিজা ডেজদেমোনা মেডোনা
হোমবগী শমশাংবী হেলেন লোইবা লৈতে,
অহুগা বেলেরিনা
নহাক্তি পাইবসু ঙমই
চোংবসু ঙমই উচেকুয়া
ভাইওলিনগী স্নবদা উলানোভা পেল্লোভা
বেসমার্টিনোভা
কমপাসকী তুমলবা মতোংদা লেপই
গ্রহগী মাযৈকেদা স্নুনগী মাযৈকেদা চংলি
খোঙকাপ লাওনা থাংহনা
মখুৎ তবা পালহল্লি পণ্ডিত কযানা অমুক
নহাকপু ইবেন্মা ।
য়া দেবী সর্ব্বভূতেষু
শক্তি রূপেণ সংস্থিতা
নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমো নমঃ
অমুকসু
য়া দেবী সর্ব্বভূতেষু
শান্তি রূপেণ সংস্থিতা
নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমো নমঃ

লেপ্লা লৈতে কবিনা কলাকারনা
পণ্ডিতনা মিস্ত্রিনা মুণ্ডশাবনা
শাগৎলি মুপী শেমই মুপী
মুণ্ডদা মার্ব্বলদা ব্রোঞ্জদা
সহরগী পার্কতা
লম্বীগী চিদায়দা
ইনাকখুনবা মুপাগী ড্রোইং রূমদা অরোনবা কাদা
মহাক্কী
খবরগী মেগাজিনগী চেফোং কয়াগী চেনা চেনাদা
ইকাইবা পী অৱাবা পী ফোৗহুনা থমই নহাকপু
ফিগী কম্পনীনা চুরুপকী কম্পনীনা
ফিল্মগী কম্পনীনা ডাইরেক্তরনা
খাওবা ঙমলক্তহুনা চেনখি
মেরিলিন মনরো
মথন্তা শিজখি।

## এলাংবম নীলকান্ত



### মণিপুর

রথযাত্রা মুমীংকী মুংখিলদা
কংশি, মাঙগং, পুংগী মখোলগা লোয়ননা
"জয় জগন্নাথ" "জয় জগন্নাথ"
নিল্লি মায়কৈ 'পুম্বা মণিপুরগী।
অহৌবু মণিপুরগী অতিয়াদদি
অমকপা, য়েংথিনবা থম্মোয়দগী থোরকপা
লোইবা নাইদ্রবা চৈনবা খোল্লাউ
অমুবা অবঙবা প্রোপগণ্ডা
কংগ্রেস, সোস্থলিষ্ট, কম্যুনিষ্ট, প্রজাশান্তি
হিংসা, অহিংসা, রাজসিংহাসন।
"কদোমদনো লম্বেনসিবু—
চীনগা খুংকা মান্নদবা,
লমথুংফমগা লম্বেনগা শম্নদবা,
ফিদমদগী মীশক্না লুবা?"
হংলি নহাক্কি ইমা মৈতৈলোন্না!

মজাইবেমা মমোম লাংলেন খোইবীনা শাখোবা
কাক্কাগী মুংশিং নাম্নিবা
নিংতোলবু মৌগী শীংদা চলহনবা
লাই হয়াওবগী জগোয়—
থেক থেক নৌগ নৌ হাইনা হুয়া শা-থেকপা
তুমাংপা নাঁশিগী স্বরদা,
অত্তকপা পুংলোন্দা জগৎপু কাউহনা
ঐখোযনা য়েংজবা মৈতৈগী জগোয বাস
নীংশিংলিবরা ইমা মণিপুর ?
নচাশিংদি য়েংলি, অহুবু কাউবে।
হৌজিক্তি রুদ্রগী তাণ্ডব জগোয
পৃথ্বী থক-থা ওলহনবা নটরাজ শিবগী
প্রলয় ইঙ্গিৎ স্নৈপাক লৈমা চেকথাযদোরে
লাঞ্জব্রবী, পুন্সীচুপ্পা রাজববী
সতী সীতা অচুম্বদি চওখিগদোবে
চওপ্রবরনে ইমা মহাত্মা গান্ধীগা লোযননা?
আঃ ইমা নওনদি যেংজগে হোৎনবা শারি—
অচুম্বগী মঙাল, ধম্মগী মৈত্রী,
থম্মোয়গী শেংলবা আতিযা
তারেদনা নহাকস্থু উরেদনা
এটোম বোমগী মখোল, অযাকপা, অকিবা,
মৈত্রীক-মৈথু অমুবা চীংমুক রাংবা
রাশিয়াদা 'জার' নিংথৌনা নৈব-ওৎপা ঈ চুপ্পা
বন্দী বনবাস মী লীশিং কয়াবু মতুংদা কম্যুনিজম
ষ্টেলিন ॥
শেংলবা মুংখিলদা নীংতাইদনা খোংলিবা
লমহুক্তগী কাংবু এশিয়া অমসুং আফ্রিকাগী

আতিয়াদা পাইরিবা লঙজাগী শঙ্গু
পাইবা শাইনে কীরাল ইউ, এন, ও দা
"হাফমাষ্ট" গান্ধীজীনা নোঙ্গাখিবদদি
অরাবা ফোঙদোকই মখোয়না—
মীওইবা জাতিগী অমাঙবা অমা !
অহুবু ইমা নহাক্তি
হুন্দোক্লমলে হিদেনতাকম অহুদা হিংসাগী
স্বার্থগী, পার্টি পোলিটিক্সগী
শকুন্তলাগী নীংশিং খুদোপ
নহাকপু কাউরে, নচাশিংনা হৌজিক্তি
নহাকপু ইমা মৈতৈ লৈমা।
থিবথিনি নচাশিংনা নোংমদি
শীম্থ্রকপা পিগা লোয়ননা
অনুতাপ্পা চাক্লবা তুগ্যাস্তু।
মতম'হুদা নহাক্তি কদাইদা
কদাইদা ইমা, কদাইদা?

## রারবা জগৎ

লেপত্রে ঐহাকী কবিতাগী ঈশৈ,
অহাঙবা আতিয়াদা শারত্রে জগোয়—
তৎত্রে তারম্থু মুংশিরবা বীণাগী।
মাঙ্খে স্বরম্থু খোঞ্জেলগী রাংমদা।
অচীক্পা লমদা কন্নিবা কবি,
খোংলম্থু নহাকী মুংশিবা বাঁশী।

মায়গৈ মরিদা প্রলয়গী মৈরী,
অকিবা যংলবা শিবগী তাণ্ডব,
রাম্বা মীওইবগী শক্তিগী মূর্তি—
য়েংঙু নে কবি, য়েংঙু নে তপ্পা
খোংঙো নোং, চুরো ঝম ঝম,
শীংলু মুংশিং উ উ লাউনা !
শীনথ্রেনে আতিয়া অমম্বা মৈখুনা
লৈখিদ্রে সংসারদা অচুম্বা মঙাল ।

## লম্মাঙনবা

"In this immensity.my thought sinks drowned.
And sweet it seems to shipwreck in this Sea"

—*Leopardi*

সভ্যতাগী থিংঙমদ্রবা খোঙচৎ অসিদা
ঐখোয়না রাংলবা চীংজাউ কয়া লাম্থোকুনা
নীংথিজরবা তম্পাক অসি ফংজরে
হকচাংমখৈদি পোথাজরে, অহুবু থম্মোয়দি
মীৎয়েংদি ?
মীওইবা জাতিগী চাওখৎপগী ঈথক মথক্তা তাউহনা
কদোমদনো ঐখোয়গী পীক্লবা হিসি ?
মীওইবা সভ্যতাগী নোংলৈ মুংশিংবা
নৌরবা ময়োলসি খাঙজরিদো হাইনা হয়া ।
তাখি ঐখোয়না থেঙলবা অহীংদা
মুংশিবা নৌরবা সুরগী ঈচেল




দীন হীন ভাগ্যচন্দ্র
অহৃগা ঐখোয়না তাথি অমস্থু
তাথি অমস্থু
কদোমদনো কদাইদনো করম্বনো ?
ঐখোয়না তাথি ঐখোয়না তাথি ।
ঙরাং মুমিদাংগ্বাইরমদা অসিদা লাক্লম্বা সাধুবাবাকুনা
ঐখোয়দা করি হায়রম্বগে ?
কনানো য়াচঙবদা ফীঙৌনা খুমংনা খঙহৌদনা মাঙখিবহৃবু
লাঙগোল লুখোই !
করম্বা হিদেন তাফমদনো হোঞ্জিল্লসিনে ঐখোয়গী হিসি
অরাং চাউখোং হিদেন্দা ?
নত্তে নত্তে অতোপ্পা হিদেন্দা
অতোপ্পা হিদেন্দা
আঃ করিগীনোনে চাউখোং হিদেন্দা মহায়বসিবো ?
কদাইদনো মরাইবক থীরবী মণিপুর—
মেলৈ লৈস্না মুংজুম্পান কদাম্বদি লৈমুংশি !
কদাইদনোনে নহাক্কী ঈশৈগী মন্দির ?
কদাইদনো থারুগদবা নহাক্কী লুম্লবা পোংয়োম
কদাইদনো হেক্লুগদবা নহাক্কী শমজিগী লৈহাউ
কদাইদনো শাংহনগদবা নহাক্কী থম্মোয়গী লৈরাং
আশাগী লৈরাং রাথলগী লৈরাং পুম্নমক্না য়েংবীত্রবা
নহাক্কী পুন্সীগী লৈরাং ?
য়েংউ লাইরবী ! যজ্ঞগী মৈরীদি চাক্লেসে
চাক্লেসে চাক্লেসে অঙকপা ফংনা আতিয়া তম্না
কাম্মে দেবায় ?
করম্বা লাইদনো ?' হৌদোক্নিম্নরকপা মৈহৌরোনগী
লাইদরা ? থম্মোয় পীবীরকপা হিন্দুগী লাইদরা ?

পোখাবা ষৎন্ত্রবা মতমগী লাইদরা ? মায়খুম য়াওরিঁবা
ভবিষৎকী লাইদরা ? করম্বা লাইদনো ?
লৈজরেনে ঐখোয়গীদি—ঐখোয়গী আশাদা
অনৌবা ময়োল হকচাংদা অঙকপা শক্তি, রাখলদা
থিংঙমত্রবা ইচেল, থম্মোয়দা নৌরবা লৈরাং
অদুবু করম্বা লাইদনো ? করম্বা লাইদনো ?
মীচিক মীরাওখোল তাত্রবা থেঙলবা অহীংসিদা
অমুকসু সুর্দ্ধংপা বাঁশীগী স্বর
ওম্বোকপনিদকো থম্মোয়বু হূরিবা ব্রজগী মধুকরশ্যাম
করম্বা লাইদনো ?

## ঙসিগী বসন্তগী অয়ুকসিদা

ঙসিগী বসন্তগী অয়ুকসিদা
নীংথিবী ! নহাক্তি জগোয় শারি—
শুর্দ্ধংপা শাথেক্তা নোমোন নোক্লি
নহাকী মীৎচিগী তেঙ্মা
এতোম বোম পোকথায়রগী মৈথুগুম্মা
কূপশিল্লক্লি ঐহাকী মীৎয়েংগী জগৎ।
অদুবু নহাকসি
কয়াদা থাপপ্রবা !
হোৎচিল্লি ঐহাকী থম্মোয়সু
কামগী ময়াই কারবা ছন্দসু
থোরমদাই জীপকী ইজিন মখোলগুম্মা।
অদুবু নহাকসি

কয়াদা থাপগ্রবা !
ওইরে পুন্সীসি লেপকম খণ্ডদবা
চীংশিন্নবা অমম্বুং থাপস্তোক্লবগী শক্তিগী লানক্কমদা
থেংগায়নরি মীকুপ খুদিং
কৌরব পাণ্ডবকী তেংগোলগুম্না
কাওগা থম্বগা নম্নবগুম্না
চণ্ডলক্লবোই নীংলুই ফজবা অপাম্বা কয়া
মনীং তম্না তপথবা লৈতনা।
থল্লকই ওইরেদনা ধন্য ঐহাকী পুন্সীসি
ফংলগা পুম্নমক অসি পুন্সীদা।
অতুবু ক্লাথল অসি মায়ানি—
পাইরম্বদগী চপ লেপখিবা উচেকী শাথপকুম্না
লশেম চাকগ্রবা উমংগী মশামবেং চাকথোকগ্রবা
তবক তরক লেপ্লা য়ুংলিবা কাহৎলবা উপালগুম্না
পুম্নমক অসি লেগুদে—চপ লেপই
নাইতোম লৈরি, ক্লারী শানদে।
অতুবু অগুকপা মায়াগী থৌরী লীচিংদা
ঐবু পুশিল্লি তত্তনা ফজবগী লাংদা
থৌজিল্লি ঐগী থম্মোয়বু তপথবা লৈতনা
মাগুদা উরিবা ফজবীগী নাক্তা।
অতুবু অসিমস্থু মায়ানি মওগী মশক্কি—
খোগুফম অমা থাংজিন্দে তশেংবদি
চাকা ফুকগুমদ্রবা কর্ণগী দোলায়গুম্না।
অতুবু নীংথিবী ! নহাক্তি জগোয় শারি
কৌশিল্লি খুৎলাম তোয়না
ঐহাকস্থ য়েংলি নহাকপু মীংকুপ্তুনা
অপাম্বগী তপথদ্রবা সিটি বসকী ইঞ্জিন মখোন্দা

নহাক্তি জগোয় শারি জগোয় শারি।
হৌজিক্তি ওইরে পুন্সী অসে
লৈই অনীগী করুক্ষম অপাম্বগী অয়ম্বুং লাপথোক্লবগী
চিংশিনবগী অমস্থুং থক্তোকপগী
ওইরে মতম পুম্বদা অথাপ্পা
নাইতোম নাইতোমগী জগৎ।
মাঙগ্রে অনকপা অমতা ওইবা মতমগী সভ্যতাদা
ওইরে মতম পুম্বদা অরাপ্পা অহাঙবা॥
ঙসিগী বসন্তগী অয়ুকসিদা
নীংথিবী!   নহাক্তি শারি জগোয়
অহুবু নহাক্কী মীনোক অমস্থুং ঐহাক্কী লাওতক্লবগী মরক্তা
লৈরি অহাঙবা
নহাক্কী শাথেক অমস্থুং ঐহাক্কী খাঙঙমদ্রবা কামগী শাফুরক্তা
লৈরি অহাঙবা
ফুজিল্লকই নহাক্না ঐ তন্না ঐহাকস্থু হোংচিল্লি
অহুবু লৈরি অহাঙবা
ওইরে পুন্সীসি জগোয় রাসকী খুৎথেক শাথেক
অয়েংববু চিংশিনবা অমস্থুং থাপতোকহনবা
কৌস্থু কৌশিনবা অমুকস্থু তাম্থোকপা
ওক্তবী মুপীগী কংলবা মীনোক্লুম্না।
ঙসিগী বসন্তগী অয়ুকসিদা
নীংথিবী!   নহাক্তি জগোয় শারি—
অহুবু ওইরে পুন্সীসি অহাঙবা
অহাঙবগী অহাঙবা ঙাক্তা
মীৎতাঙবা লোম্থোক্তবা অনী লেপমিন্নবদোম্না।
মাঙগ্রে লম্বী নক্লবগী অমতা ওইবগী
থম্মোয়গা থম্মোয়গা তিন্নবগী

খুংশম্নহুনা ভাওনা থাবল চোংবীগী।
হৌজিক্তি উরে অহাওবা ভাক্তা
থাম্নবনী কুপশীনগ্রে পুন্সা অসি
দ্বীপ কয়া কয়া থোকগ্রে তিন্নবা লৈত্রবগী
শক খঙনবদগী থম্মোয়গা থম্মোয়গা তিন্নদবগী।
অহুবু নীংথিবী! নহাক্তি শাখি জগোয়
ওসিগী বসন্তগী অয়ুকসিদা।

## মঙাল

মীৎ উইশিন্দুনা ফমলি অতুগা খল্লি
মঙালগী অমম্বদা—
রাহৈনা করিগুম্বা রাহৈতা ওইরম্নবা
রাহৈগী তাম্বাদা
অর্থনা জগোয় শারক্তবা
খোঙথাং কায়রবী মেনকাগুম্না
অহুদি কমদৌবা তাই?
চেম্বরক্লি মীওইবগী রাহৈনা
নায়েগ্রাগী ঈশিং চাইনীগুম্না
রাহৈগী মথংদা রাহৈ
অঙবু রাহৈহেনি অচুম্বদি পুরক্তে।
লৈরি মঙালনা রাহৈগী পংথৈ রাংমদা।
ভাইরি রাহৈনা খৌরাংনা
ংংনগদ্রা করিগুম্বা মঙালগী জোয়ার কারকপদা
হে মীওইবগী থাদোকপা ওমদ্রবা রাহৈ
হে ফংওমদ্রবা সত্যগী মঙাল
নবানীগী তিন্নফম্বু কদাইদনো?

থাজকই অমুক কুইবসি
পাইশিল্লি ঝাহৈনা মঙাল তম্মা
মীওইবগী সাহিত্যনা
হাংদোক্লি হুমিংকী মায়থুম
অহুবু চিংনবা পোক্লে—
মাঙদা লৈরি অচুম্বনা তুমিন্না বকুল পাম্বীগুম্না
অহুগা মীওইবগী ঝাহৈনা কেন্দুনা তারক্লি
শিংগাইয়ৈ লৈরাংগুম্না।
ঝাহৈগী নম্বো পোত্নুনা চংলি মীওইবনা
ঝাখলগী চৈত্তনা
আশাগা লোয়ননা
মঙালবু ফংজরবনি হায়হুনা।
অহুবু চঙশিল্লি অস্থুম অস্থুম
অমম্বগী লমদমদা
মঙালগা মায়োক্কুনা
পোথাবা লৈতনা
মঙালবু ফংননবা
অমম্বগী লমদমদা
ঝাহৈগী শাথপতা।

## ইমাগী মন্দির

ইবৈবাক মচাশা!
নথোয়না থিরি শোক্লৈহু
ইমাগী মন্দিরগী থোঙগী
চীংদা তমদা
থুংশিন্তা মালংদা

মীৎতগী পি শিন্থনা
নশাহ্ ঈহং নাইহিং শানা।
অত্থবু করম্মদি হাংগনি—
শোজৈদি লৈরি মন্দিরগী মম্মুংদা
করম্মবু হাংগনি
শোজৈ য়াওদনা মন্দিরগী থোঙবু।
থোঙ কাওখায়বস্থু অরায়বা নত্তে
মরোল কয়া লোনধ্রবনি
যুগ কয়াগী শোম্লৈনা
ইমাগী মন্দিরগী থোঙ॥

## কাঙজম পদ্মকুমার



### তাইবঙপান

হে লম্বীচংপা মরূপ !
মীংচীনা নমি য়েংবদি
করি থনবগে ?
অদুগা,
ঐনা হাইফেৎ করিগী নোকনীংলুরি
নঙগী নতৌ য়েংলগা ?
থঙলে,
ঐস্সু ইমি য়েংবা
নঙস্সু ।
নঙস্সু হূরানবা
ঐস্সু ।
ঐনা ঐবু খঙদবনা,
ঐনা নঙবু নোক্লবা
নঙনা নঙবু খঙদবনা,
নঙনা ঐবু নোক্লবা

য়েংঙু।
অঙাওবীনা অঙাওবীবু অঙাওবী হায়না চৈরি।
হুরানবীনা হুবানবীবু হুরানবী হায়না নোঙ্গরি।
ঐনা ঐবু খঙদবনা
নঙনা নঙবু খঙদবনা
মহৈ মহৈ নোঙ্গহনা
লেল্লি পুন্সী খঙহৌদনা।

## উচেক মচা অমগী মঙলান

মী মচা ঙাক্তনি ঐখোয
ইপা ইতোল লোইনমক,
মখোয়না ঐঙোন্দা য়েংই
ঐবুদি উবিদে, উববস্নু খঙদে ,
মখোয়না উরিবদি শুপ্পগী মখোয়তনি।
পীকপ্রবা পোন মন্নুংদা ফাজিন্দুনা থম্বীববা
পীকপ্রবা উচেক মচা অমনা
হন্না হন্না য়েংজে নীংবা কায়না,
মপাল নাইদ্রবা অশংবা অতিয়াদা
মাগুম্বা মমান্নবা উচেকশিংনা
মনিং তম্না পাইবতু মাশা ফন্দোক্তুনা,
মচু তরেংকী চুমথাঙগী মতোন খেত্তুনা।
মঙ মঙজে মমীৎ উইশিন্দুনাঃ
উই মমান্নবা উচেকশিংনা
সমুদ্র তয়েংকী অচৌ অচৌবা
ঊশিং থকপদো খবোম থম্না।

হিঙ্গোল মতোন্দা লৈবা পুঞ্রী মচা
চংবী লাগী তাঙ্গগুম নীংথিজবা
লিক্লাই মহীগুম্বা লাইজনা নিক-নিক লাওবা
পাইবা ওমহৌদে নোংমতম্মু লান্দুনা,
য়েংজনীংখি মহাকম্মু মাগী মমিনা
লুববা ঈমাযদা লংনা তাবদো।

## মুর্ত্তি অমা

ঐগী মীৎনহা অনীদা
গুলাপ লৈগুম নৌববী চেঙলৌদো
ব্রাংলেন অমনা লাংঙোল অমা শক
উবি ওসি ফাওবা তনৌ তনৌ।
থমম্মুং কিকোই মতুং ইন
চৎকনি হাযৎগী কিজদে,
থব্রাযনা কপলিবদি মসিতনি—
মুৎথিগনি মহাক্কী অহিংবা শকফম
ঐগী নীংশিংবদগী হন্দক্কী মপোকসিমগী।
চহী নীফু হেন্না হৌখ্রবম্মু
মতমগী চকাবু তুংহন্না লৈথত্তুনা
লৈনিংই মতম অতুদা অমুক হন্না।
তনিক তনিকপা মাগী মীৎস্নাদগী
চোংশিলহৌবে অহিংবা মুর্ত্তি অমা
মুৎপা লৈত্রবা মঙাল অমা
ঐগী থম্মোয় লকাম্নুংদা
শংশং শংশং উঙ্কল্লহুনা মক্ষম মতম অহুমক।

হাংলেন অহুগী থল্লায়-মিনা
শায়োল চামা লৌহুনা
হিংলি ঙসিস্থ ঐগী য়াইবী মরুদা ।
অথোইবা মুমিং অঃ পুন্সীগী
পৌরোন থাবা মুমিংনি ঐগী
মহৌশাগী বন্দিশঙ্দা ফাহুনা ;
অপাম্বগী মমিদগী ভূৎ-প্রেৎ ওল্লকুনা
হাংলেন অমদি তশেংনা ঐবু ওংখি
মঙলান্দা কোয়তাউ তাউখি ।
মাগী মীৎয়েংগী ইঙ্গিৎ অমদা
মুংশিবনা লুতোন শাত্তনা
বিদাযগী পুঙ্খোল অমদা
জগোয় শামিন্নখি মাগা লাইবমলেংদা ।
তাংলৌহু লৈশিনথ্রে অমম্-অঙান শিন্নবদগী
কা অহুদা পোদোল অমতনি
কবিস্থ উদে, কবিস্থ তাদে
অহুবু ইথন থনখি মাগী মায়থোঙনা
নোংথাং চামগুম ঙাল্লহুনা,
তপ্পা হোনবা মুংশাস্থবনা
অবাপ্পদা তাবম্বা খোঞ্জেলনা নকশিল্লকপগুম
যৈবখি ঐগী নাকোং চক্রদা কন্না ;
তুমিন্না লৈবা মাগী মশক্ উরুবদা
নীংথায়হুনা কেনখিদৌই থম্মোযসি ।
ফজবনা কূপ্পবা অথীবা খাদোকুনা
তাউরুই ঐ তরঙ অমদা
শেংলবা পুন্সীগী মীৎকুপ অমদি ।
উখি মহাকপু লাই নূরাসী অমগুম

য়াম্না কুইপ্রবা হুমিং অহুদা
মুর্ত্তিহুমক মীংকুপ অমদা উথিবা
মমুন ফাররে অওইবা ওইনা ঙসিদি,
য়াইবী লৈখাম্নুংদা হুকপ্রবা
পিকলবা ময়েক্না
পুন্সী লৈকংলাসিদা ঈফুৎ ওইহুনা
লাইশোল মন্ত্র ওইররে ঙসিদি।
নপুনা কন্নবস্থ পৃথিবীগী মতাইদা
থক তাহন্দে নাইতোমদি,
পুন্সি মণ্ডলান অচৌবসে
অওইবা মঙ মতেক মতেক্না
অমুক অমুক মীৎকপ থোকহন্দুনা
শংশং শংশং উহল্লি
মন্দির মচা অমা মরক মবক্তা।
মন্দিরসিগী মমুংদনি নোংমা
ঐনা উথি মীৎ পাঙথোবকপদা
মশক অমা অঙাংগুম মফি শেত্তবা
লীক্লাগুম লুরবা মমীৎ অনীহু উকবদা
অচেনবা রেলগাড়ী পবেংদগী
ককথৎলম্নগা তুংথংবা দবা মথৈ
রেলকোক্তমক চেনখিবগুম শুপ্নগী
ঐ মপোক অমা পোকই।
মী- পোং অমতা উদে খঙন—চান্নবা
ঙ্কৌনাগী ইপোমলক্তা লীলহাগী লম্বীদা
ইথন্তা চৎলি মুংশিববা মফম অহুদা;
নীংশিংদে করিম্থ নীংশিংনিংঙাই লৈতবগুম,
উই নাক-য়েৎ-মাঙদা

মুংশি মুংশিরবা উতোল-রাতোল
চীংয়া তময়া অনকপদা অয়াপ্লদা
সনা লুপা মচুনা কুদোংলবা ;
খোঞ্জেল অমত্তা তাদে ভাইবংমীগী
নাহেখোল অর.-অনা পুন্সীগী ;
অনৌবা য়েন্থিংগী ফরাংজীনা কুপ্লবা চীংমায়দা
কাখৎলি সিন্দুর চাইবা মাল্লবা লম্বীদা,
মরীক অমত্তা পক্তে অরাবা
ঐগী থম্মোয় লকাম্নুংদা,
তুং হন্নমু খক য়েংনিংদে ;
তারকখি মতমসিদা তাম্লবা খোঞ্জেল অমা
কাওগী মখোলগুম পীকনা
নিং নিং লাউনা অবাপ্লদগী
য়ৈখি খোঞ্জেলহুনা থরায়গী মরুদা ।
মিৎকপ থোবকপগুম মুংঙাইনা তুমলুবদগী
পুন্সীগী রাংমদা চাকলিবা মৈরা য়েংহুনা
মিং পাঙখি তবং-লাইজ ঈহৌনা
মুংগী য়ারা অমগা লোয়নন। ঃ
মকম মতমগী রাংমদা শাৎলিদো
বৃন্দাবনগী কদম পাম্বীদো !

# রাজকুমার মধুবীর

●

## মমশিল্পকপা ঙাইবা

শুমীৎ থোরকনি—তাখিনি
থাসু থোরকনি—তাখিনি
অসুক কুইরবা মতমসি
ঐনা ফমলি—
মাগী নুংগী ফাল অসিদা ;
তারি নঙগী রারী মথল মথেল শুরবা
তিম্মৌ য়াদ্রবা মচু কয়া কয়া
অহৈবা লাইয়েকপনা ফজনা উংপগুম
মাগী কল্পনাগী চিত্রদা ;
নঙনা লীরি ঐঙোন্দা
নাপ চাদ্রবা , শৌবিং শৌবিংলবা
অকিবনা থল্লবা, মুংঙাইরবা রারী কয়া

মহুনা রাজনীতিগী মরমনি
লৈবাক লৈবাকী এসেমব্লীগী

চুম্মী চুম্মী অমুক কায়, অমুক শেম্মী
অমুক কায়, অমুক শেম্মী
এসেমল্লী হায়ববু মসিনি
য়ানল্লগা হেক্তা থুগায়গনি
কায়রগা অমুক হেক্তা শেমগৎকনি
কায়গ্রবা মচেৎ মচেৎশিংহুনা
হল্লা ! হল্লা ! হল্লা !
কুইক ফিক্সনা নপ্পগুম মিংশেল মচেৎ মচেৎ
সিনি রাজনীতি হায়ববু।

পঙমল্লিদা তৎলসনু—
শেল চাবা হৈতবা অচৌবা
চবা হেন্দুনা কংশি শিসনু
মাগী মতু মাগী মচা পুন্নমক
চরা হেন্দুনা কংশি শিসনু।

অস ! ওম্ভোক্লা কম্না থৌগ্রেদা গাড়ীসে
মী অস্নুক চিনগ্রবা লম্বেলসিদবু
ঙাওরব্রা কৈনো !

অহুদগী কবি থোকগ্রবা
মচল অহুনা থৌরী য়ানগ্রবা তুংদা
প্রোফেসারদো ?
ও ! ঙাওরবা।
অঙাংহুদি পোক্লমগ্রে হায়বা নত্রা ?
কৈ, কৈ।

করি ! হীপম্লিন্নে হায়বা মখোয়নি ?
চরোদা. নাপ-চাদবা

মমাছুনবু য়ারমগত্রনেঁ
তৌবগীবুদি মমাছু শাইকোলোজীগী প্রোফেসারনি
অহুগা মচাছুসু শাইকোলোজীগী ছাত্রনি
শাগা-মীগা চপ মান্নে
মসিনি মখোয়গী থিওরি
শাগা মীগা ; শাগা-মীগা ।

লৈত্রবরা ঙসায়গী চুরুপ্পুবো

ওম্ফোক্লা থুনা লোইখ্রেদা
ঐদি ইথকপু থকহৌদে ।
পৈশাবুদি য়াওরিয়ে ঐঙোন্দা
অহুবু কনানা লৈকগনি, আ-তান্না ?
নওনা চৎলে, কনানা রারী লীগনি—
ঐনা চৎলে, কনানা রারী তাগনি ?
পৈশাবুদি য়াওরিয়ে ঐঙোন্দা ।

থাওনা থিনবগী রারীছুদি তানীংদেদা

মীবু থাওনা থিনবা চঙদে হায়ব্রনে ?
মীবু থাওনা থিনবা হৈতে হায়ব্রনে ?
হাৎপা য়াবা য়াম্না লৈরে
হাৎপা য়াবা মী য়াম্না লৈরে
অমনীতবু ঙায়রি মখোয়গী মরক্তগী
শিরিবদি
অমনীতবু ঙায়রি ।

চঙলগেরা ?

ঙল্লিদা, রারী খরা লীখো
রারবয়ো ?

ক্ষরে,

মীকুপ খরদং পোখাখিসি
অহুদগীদি মমশিল্লরুনি
শুপ্না গ্লাস অমমমতং ওইরবস্থ
ঐখোয়নি পুন্না থকমিন্নখিসি
ঐদি হৈনরে,
থক্রুবদি খাঙঙমত্রে নোংমগী অমুক্তং
মীকুপু ঐ হুতিগী ঙাই
মফম অসিদা, নক্রগা অমদা ।

করিগী থক্লিবনো মহুদি ঐঙোন্দা হংঙকন্থ
তানীংদবা কয়া তায় ; হৈনদবা কয়া হৈনৈ
উনীংদবা কয়া উই ; খঙনীংদবা কয়া খঙই
অহুতস্থ নত্তনা—
য়াক্লবা আইন কয়া কয়া
ঐনা ইল্লি, পোৎপু লাক্লবা যণগুম
পুন্নমকসে য়ান্না খাঙবা রায
তাইবঙসিদা, ঙসি ঐগী পুন্সীসে
অহুবু হিংলি ঐনা য়াম্না হুংঙাইবা শাহুনা
হিংলি ঐস্থ হুংঙাইবা মানবা মরকসিদা ।

মীগী রাদি ঐঙোন্দা হংঙকন্থ
ঐগী খনবদা মখোয়গা মরী কক্লরবনি
মীকুপ অমতবু খল্লুদে
ঐহাক মখোয়গা লৈমিন্নরি হায়বা
মখোয়না হিংবগী খোঞ্জেল অমত্তা
ঐগী নাকোংনা তাদে, করিগুম্বদা
ঐ ইশামক কাউই হিংলি হায়বা, কল্পিগুম্বদা ।

ফম্ভে খঙই অহুবু সুংঙাই

মসি থল্লগা মীকুপ খরদং
কাউই অরা-অনা খিবিক
ওইরবস্মু শুপ্পগী মীকুপ খরদং
চম্মমনবা তাইবঙসিদা ঐনা পঙথৈ,
পোখাবা ওমত্রবা পুন্সীসিদা পোখাই ঐনা
মীকুপ খরদং
শুপ্পগী ।

অমম্বদা য়েংউ

অমম্বদা য়েংউ
নতোমতা ফমহুনা
শুক্লা মম্লবা অহীংদা
য়েংউ, য়াম্না কুপ্পা
সোযদনা নঙনা উগনি
চাউরবা লৈকোল অমা, হোরাইজন য়ৌনা শন্দোকখিবা
লৈচু খুদিংগী লৈরাং মম্নাম উগনি
জগোয় শাথেক্রম্বা, ঙাওরবা মকোকশিং হাইহুনা
তাম্বা কায়দনা মেঙলবা মালঙগী ঈপোমগী
শুকশোয় শোয়দনা নঙনা উগনি
করিগুম্বা নঙনা ওইরবদি প্রকৃতিগী পুজারী ।

অমম্বদা য়েংউ
উগনি নঙনা শোয়দনা, চেল্লিবা ক্রাইষ্টনা পাখংনা ...
উগনি চেনবগুম মায়থীরবা লানজমদগী লাম্নীনা

উগনি চেল্লিবা ক্লাইষ্টনা পাথংনা
মশাবু কঞ্জনবা ক্রুশিফিকশন্দগী :
অমস্তুং কৃষ্ণ —শিহুনা তারিবা উগনি
মশীং নাইদনা হুয়িংনা য়োমহুনা
রেলরে-প্লেটফোর্মদা, তাবগুম কনা লৈত্রবা চাক্লিবগী হকচাংনা
শুকশোয় শোয়দনা নঙনা উগনি
কবিগুম্বা নঙনা ওইববদি—নাস্তিক অমা ।

যান্না কুপ্না যেংউ
শুক্লা ময়বা অহীংহুদা
শোযদনা নঙনা উগনি মীকুপ্তা কার লীশিং লীশিংনা
হঙ্গৎ-হন্দা, হঙ্গং-হন্দা চেল্লিবদো
অমস্তুং নঙনা তাগনি রাবী শাবদো মীযান্না
কাঙব্ কাঙব্ নোক-খেহুনা
মিংশেলগুম মি তানা নান্নবা লম্বেল থক্তা, মেট্রোপোলিসকী
চুম্মী, চুম্মী নঙ খোঙথাং অমা মাঙদা থাঙভমলোই
উবদা নুপীশিংদো—মফি শেৎপোই-শেত্তবোই
কেববেত্তা, বাইজনতিনেক্স হোটেলশিংগী
শাবিবা জগোয জাজগী যন্ত্র তুংইন্না
উম, নঙনা উগনি অহুগা নঙনা তাগনি
কবিগুম্বা নঙনা তাউববদি —মতমগী ঈরাংগী ঈপোমদা ।

ঐনা উই, শাথিনা শুক্লবা অহীংদা
মাঙ-তান্নবা, চাউরবা সহব অমা
করিগুম্বা মখলগী জীব অমা লৈত্রবা
প্রস্তর নপ্পা ফল্লাংগী মচেৎ লীশিং লীশিং উই ঐনা
মপৈ মপৈ তারিবা মাঙদা, স্কাইস্কে পরশিংদগী
মকোক্লা ঙবাংতা আতিয়াগী শংবানবরক্তা তিল্লহ্না

ঐনা উই গুসি, ইমাওদা উফুল্লক্তা তারিবা
মাঙ তারুবা, চাউরবা সহর অমা।

ঐনা উই ফেক্টরিশিং, অশিবগুম স্বর হোন্ত্রবা
ঐনা উই কোর্টশিং, উচি অমা চেন্ত্রবা
অমসুং উই পার্লিয়ামেন্ট-হাউস, ভূমীং অমা পাইত্রবা;
তোইরবা মূর্তিশিং; লৈকুপ তাবৰা ক্ষুরাশিং
উই গুয়মক ঐনা ঐগী মাওদা শন্দোকখ্রিবা
পাক্লা, লৈঙোইগী সাগবগুম
ঐগী মাওদা শন্দোকখ্রিবা
পাক্লা, লৈঙোইগী সাগবগুম
উই গুয়মক, অমত্তা চিথদা
শাথিনা গুরু-মন্নবা অহীংদা
উই গুয়মক, অমত্তা চিথদা।

## উরক নারকসিদা

ঐদি খওদে চংলিবসি কারগীনো মফমসিদা ঐনা
শংলবা, গুরুবা উরক, লৈচিলনা পুমযোম যোমলি
অযুক, নুংথিল, নুমিদাং থায়দা
মবক মরক্তা লাপ্না লন্না
নীওন বলবশিংনা ওাল্লি তন্না তন্না
লৈচিন্না ইয়োম য়োমশিন্না।

খুদাং ঘড়িনা তাকলি পুংজা
অমা, অনী, তয়া, তরানিথোই, অন্না
মঙা, নিপান, মাপন, তরামাথোই, অনী

অহুবু কবি কবিগুরুদা হেক হেক কাউই
অহিংগী পুংজাবা ?
মুংথিনগী পুংজাবা ?
কবিগুরুদা কাউই—অহিংগীবা ?    মুংথিলগীবা ?
অমুকস্থু
লমহুই, কৈ, নোংশানা খোংঙকই
শম চপ চপ হেক যুংই
পুমলুপ লুপ্পী হকচাং হুমাংদা
কবি কবিগুরুদা শোংলবা নাবক উরকসিদা
ঐগী লম্বী মাঙখি লৈচিল নোংফাইবক্তা
হায়নিংঙাই লৈতনা পাখৎলি
মিং, না চেজেৎ উইশিল্লি।
কবিগুরুদা
জীপ, কাব, ত্রকনচিংবা
ঙংহনা ঙংহুনা খৌথি।
মখুং হাইবহনা লাউরম্মী ঐঙোন্দা
খাম্মম্বদি তৌদে কনামত্তস্থু গাডি
উরক্তা, লৈচিল্লক্তা অহুম চঙখি
অচিকপদা
কনাগুম্বী অমস্থু মদোম চৎলি
হেলোই হায়বহুবা।
পাখৎলি।
চঙশিন্দুনা রাবি শারুই
মাগীস্থু কনা য়াওব্রবা
ঐগীস্থু কনা যাওব্রবা
অরা মুংঙাই পোথোকনৈ ঙাইহাক
মোমোন হরাওনা নোকমিন্নৈ পুন্না

মহাক্না—ঐগী মুপীগুম
ঐহাক্না—মাগী মুপাগুম।

হৌজিক্তি
শা কৈনা খোংবত্থস্ত তাখিদ্রে
জীপ, কার অমত্তনা মফমসিদা লাকখিদরে
অহুগা
চংমিন্নবস্থী মহাক্তুস্থ লৈহৌরে
মাগী থোঙ্গাল য়োরমালে
তন্না ঙাল্লস্বা বলব; অমত্তা হৌজিক উখিদ্রে

ফরে
মাঙদা উরিবা য়ুম অসিদা
চঙজনা ঙাইহাক্তং পোথারগে
কনা কনাবু লৈরমগবা?
ঐবু থঙবিবা য়াওরমগদ্রা?
ঐবু তরান্না কৌরকদ্রা?
অতুমঙাইরে
চঙবদি চঙলগে ঐহাক
মাঙদা উরিবা য়ুম অসিদা
ঙাইহাক্তং পল্লুনবা।

## লানথোকখিনবা মফমসি

চংলগে ঐ মফমসিদগী লান্না, কৈদনো মফম অমদা,
মরুভূমিদগী হেন্না শারেনে লৈমায়রে,
গোঙুয়াশিংসে ঐগী পোকথোক্লে-ঙম্মা ..

অহুবু লেপ্পদি লৈপনিংদে চৎপশি
য়াম্না থুনা লানথোকখিনবা মফমশি।

খোঙ্গুল কয়া তারি মীয়াম্না চৎনখিবগী
মখোয় কদাই কদাই য়ৌখিবা
মহুদি খঙদ্রে
করি করি থবক্কী চৎনখিবনো
মহুম্মু খঙদ্রে ঐ।

থেঙলবা অহিংগী শুক্লবা অচিকপা থুগাইহুনা
মুৎশি মুৎশিবা থাউমৈ অমত্তং থাল্লহুনা
লাক্লিবা ষণগাড়িসি কৈদগীনো ?
অহুগা মহাক কদায় য়ৌগদৌরিবা ?
ঐ খঙদে।
তারি ঐগী নাকোংদা
চোকথরবা ষণশিংগী খোঙথাংগা চান্নবা
খিঙলিবা পুকনিং হুরবা শবিক মখোল
য়াঙ্গংলবী মবুক হাপলবী তুরেল অসিনা
কৈদগী লাক্লিবা অহুগা কদায় য়ৌরিগবা ?
মোং হাদ্রবী তুরেলগী মায়োকতা
হোনগৎলকলিবা হিনাউসিনা কৈদগী লাকলিবা ?
মখোয়গী পন্থ্ংনা কৈদনো ?
য়ৌগদৌরিবা জাৎলা তুরেনগী হৌরক্ফমদো ?
কৈদৌবনো মখোয়না চৎলিসিনা ?

ঙক্কবা ঙমদে ঐ থোরক্লবনি মথল মথল উই
অহুগা কৈদনো ঐনা চৎলিবসিনা ?
ঙক্কবা ঙমদে ঐ শুক্লবা লম্বেলসিগী ময়ায়সিদা

ঙক্কবা ঙমদে, ঙক্কবা ঙমদে
কৈদনো ঐগী পন্থ্ংক্ষমবো ?
পন্থ্ংক্ষমহুবু ঐহাক্কা য়োরকখিগদ্রা ?
মক্ষমহু য়োম্নগনা কৈদৌবা ?
কনা কনা উনরগবা মক্ষমহুদা ?
মখোয়গা উনরগনা কৈদৌবা ?
উনদ্রগনা ঐনা কমদৌবা ?
অহুবু লেপ্পদি লেপনিংদে চৎপসি
য়াম্না থুনা মক্ষমসি লানথোকখিনবা।
তারকলে ঐনা ইপা ইপুশিংগী
অকি তুজুংলবা রারিদো শাফা লানফাবগী
উবকলে ঐনা নুংদা হকপা ইবেমপোক্কী শক্লোন্দো
পম্ভৌগী পুখ্রি তোর্ব্বান্দা, কাউনাইদনা লাংহৌবদো
তাবক্লে ঐনা অহৈবা অশৈবনা লীবদো
মোইবাং কংলৈরোলগী রারি কয়া
মৈত্রবাক্কী নিংথৌবোনগী পুন্সী কয়া
য়েংঙকলে, উবক্লে, তারক্লে
চৎপসিদি লেপনিংদে ঐ মীকুপ অমা
য়াম্না থুনা মক্ষমসি লানথোকখিনবা
য়োবকখিগদ্রা ঐগী পন্থ্ংক্ষমহুবো ?
য়োবগনা কৈদৌবা মক্ষমহুদা ?
খঙনবা কনাবু য়াওরমগদগে ?
পন্থ্ংক্ষমহু য়োদ্রগনা কৈদৌবা
অহুবু চৎপসিদি লেপনিংদে মিকুপ অমা
য়াম্না থুনা মক্ষমসি লানথোকখিনবা
চৎপসিদি লেপনিংদে মীকুপ অমা।

## নোংথোম্বম শ্রীবীরেন



### চাফদ্রবা লাইগী য়েন

কেকেকে কে
মোমো মোমো
য়াংগেন শম্বা শ্যাউ শ্যাউ
লাইগী য়েন্নি চাফদে ।

সহর ময়ায়গী
লাওলবা হোটেল অমগী
মখ্রবা কাচিন অমদা ফমলিবা
মশক মচু মাঙপ্রবা
লাইগী চাফদ্রবা য়েন অমনা
চাউরবা পৃথিবী অসিদা
মশাগী মফম অমতং থমজনীংঙি ;
ময়েক শেংনা
পৃথিবীদা তাকনীংঙি মশাগী মশক ।

থম্বুরকই :
ঐবু ঐ ওইহল্লিবা

ঐবু ঐ ওইরিব্রা ?
চাগে থকে পীয়ু হায়বগী
অমগা অমগা ৱারা শানবগী
চময়না লৌক্‌ম থঙদনা লাঙলবা মরক্তুদা
চাকত্রবা লাইগী য়েন অতুনা
স্বর তৎপমথৈ হৌনা খোংলকই :
ঐদি ঐ ওইজগে
ঐদি ঐ ওইজগে ।
ঐ হিংদ্রে
ঐবু হিংহল্লু
ঐবু হিংহল্লু ।
ঐ নীংতম্না অমুক্তা হিংজগে ।
ঐ নীংতমদ্রে
ঐ নীংতমদ্রে ;
ঐ নীংতমজগে
ঐ নীংতমজগে
ঐ নীংতমজগে ।

হোটেলদা চারম থক্লম্লিবা
সহরমচাশিংদো
ইঙক ঙক্লা য়েংনরকই মাঙোন্দা ।
অত্তুদগী কৈস্নু তৌখিদবগুম
মহৈ মহৈ হান্নগী মানা তৌনরম্বদ্রা
হঞ্জিনখি ;    কনাস্নু নাচুংখিদে ।
কৈস্নু হায়খিদবগা চপ মান্নে ।
মরাম্না থৌ-ৱা শাদবম্ভু ঊরগা
নাইতোম তানা

মতোমতা শুায়রে হায়না
মশা মতোমতজা মশামক হজিনজৈ।
খম্বুরুরগা হীরা হীরা কপ্লম্মী।
চাকত্রবা লাইশী য়েন অহু
হীরা হীরা কপ্লম্মী।
হৌনা অমুকা খোংলকই :
ঐ মী ওইত্রে
ঐ মী ওইত্রে :
ঐ মী অমুক্তা ওইজগে
ঐ মী ওইজগে। ঐ মী ওইজগে।

কনাস্থু হম্না ফাওবা য়েংবিরক্রে মাঙোন্দা
হন্দমুক্তি। মানা মানা তৌরিবহু অহুম তৌগুনা লৈরম্মী

মুংজেং পৃথিবী লিনজাউনা
মমৈ ময়া চীক্রুনা ভূমিম্না লৈথি।

ঐনা হংখি :
কৈদোনরিবনো মখোয়গীসিবো ?
হৌজিক খোংথিহু
কনাস্থু তাবিদজাংলা ?

মমৈ ময়া চীক্লিবা লিনজাউদো
খজিক্তা ফাওবা মচী লেঙদে।

## তাংখুল হুই

অনৌবা লম্বী শেম্বা লাকই
নুংজাউ নুংজাউ হৈথয়কই

কংক্লক কিলা কিলা পৈরৈ ;
খোংনা শাংপী কোম্বীরৈ অমা
নুংজাউ ময়াম্মা ননশিনখি ।
লম্বী শেম্বনা হুম্মা ফাওবা য়েংবীদে
শোলম লাক্লগা মথক্তুহুম তকখি ।
হাওরেক কারবা ড্রাইভরনা
মোংলবা ময়া উংতুনা
অশিবা মীনোক্তা
থাক্লা থাক্লা নোকখি ।
মনাক্তা কুনলম্বা
তাংখুল হুইজাউ অমনা
হৌনা হৌনা তেংথাখি
থম্মোয় শোক্লা ।

## মেম্বর

মহৌশাদগী লৈরক্লবা
মূর্ত্তিসে পাশিনলক্লে ;
অস্তুম অস্তুম
মমি শামিদা মগুায়রক্লে ।
হৌজিক্তি য়াম্মা পীকশনলক্লে
হুমীংকী মচেংসিমদা
মহৌশাদগী কনলক্লিবা মফমসি ।
খৈোঙফম চেংনা মীওইবনা লেপ্পগত্তু
নাম্বোকখিকাও য়ারি হৌজিক ।
অস্তুম অস্তুম পীকশনলক্লে
অস্তুম অস্তুম পীকশনলক্লে ।

ঐগী নুপী
ঐগী ইপুরোইবা
ঐগী ইপা
ঐগী ইমা
ঐগী ইচা
ঐগী ইরূপ
ঐ
ঐ
অচেংপা কৈস্থ লৈতে
নোংমা নোংমগী মীতোপ ওইশিনলক্লে।
হৌজিক মীওইবা ওইবা তোকপা তাবি
মেম্বর ওইবতা ওম্নবা।
ঐস্থ মেম্বর ওইবতা
নঙস্থ মেম্বর ওইবতা
পুম্নমক্তা মেম্বর ওইবগী মরীতা
পুম্নমক নাগরিক ওইবতা।
মীওইবা!
আঃ নত্তে থম্মোয়গী
অধিকারগী অমস্তুং দায়িত্বগীতনি।

মহৌশা কনলক্লিবা
কা অসি
অস্থম অস্থম হাঙজিনলক্লে
অস্থম অস্থম হাঙজিনলক্লে।

## তোম্মবা শাহুগী রাখল

খুরবা মরবা শায়রহুদা
মখোঙ মখুং লোইনা পুনশিনলবা

তোল্লবা শা অহুনা
নাইতোম ক্ষমহুনা খল্লি ঃ

পুন্সী হায়বসি শাথিনা তমথিরবা ফাগি অমনি
মরমদি
কৈগীনো
উচি অহুনা থোরক্লিবা
অরাংহুকানগী
মীনা কুক কুক ইন্নরবা
কার, মোতোর, ত্রক
একাগাড়ী রিক্সানা কুংনা চেল্লিবা মরক অহুদা
য়োং নাল থারবা খোঙউপ ফাওবা খাঙবা ঙমত্ররদা,
কৈগীনো উচি অহুনা চেস্থোরকলিববু !
নাকন অমদগী চেস্থোরক্লগা
হুনজিনবস্থু ঙমদ,
লাম্থোকপস্থু ঙমদ
কয়াদা রাগ্রবা !
মকোক অহু উক উক লৈনা ঙাওখি।
কৈগীনো অহুক তমথিবা ফাগি অহু তৌরুরিবা
মান পীক থন্না হাপ্পা
লুম্নবা চাউরবা ত্রক শকথীবহুগী
কদ্রক কদ্রক লাউরবা
ময়া চৌরবা চাউববা কাংখোঙহুনা
উচি অহুগী মথীবোং থোকপমখৈ
মখোন থোকপমখৈ
তকখায়খিবহু কৈগীনো ?
অহুক চাউরবা দঙ্গি অহুবু

কনানা মাঙোল্দা করিগী পীরিবনো ?
মাগী মমীৎ মচাহু মতমহুপ্পী
ওঃ অরাবনি, অকিবনি ।

অহুগা
পুন্সী হায়বসি থাজবা য়াদবনি
মবমদি
অহুক খোৎল খোৎলবা লৈনা পানবা
মমিং খঙদবা লৈ অহুনা
নুংগা বিলামাতিগা তোৎনহুনা হৈগ্রবা
কংলবা নুংচনবা ফল্লাংহুদা
থিন্দোক্তুনা শাৎলিবহু করিগীনো ?
মসিবু কনানা থাজগদৌরিবনো ?
অহুগা
অহীং অহুদা
রাহৈ অমথক্তগীদমক
অহুক ঈং তপ্পবী লৈশাবীহুনা
মশাদা পকপা মফি পুম্বা
লোইনা লৌথোকখিবহু কৈগীনো ?

ঐনা হায়
ঐনা হায়রিবসিনা ফজে ।
নঙনা হায়
নঙনা হায়বহুনা ফজে ।
ফজবা হায়বসি ভাবনা শাবনি
অথীবা হায়বসি ভাবনা শাবনি ।

কা অহু হেল্পা মমশিনলকই

খোঙ্গেল অমতা অঁগে
পুনলিবা য়োংলীহু হেল্লা কনশিললকই
নাইতোম হেল্লা তাই।
থইদে অহুম :

পুন্সী অসি অরানবা অমনি
মরমদি
কৈগীনো ঐবু
থাদবিরমলিবা উমাইবী অহুনা
মফমসিদা ?
মফমসি পামত্রা পামদত্রা
ঐঙোন্দা অমুক্তসু হংবিরম্মুদনা।
কৈগীনো থাদবিরমলিবা ঐগী পুন্সীংগী
রা ইহং হংবিদনা মফমসিদা ?

ঐনা হায়
ঐনা চুম্মী।   নঙনা হায়
নঙনা চুম্মী।
অচুম্বা হায়বসি ভাবনা শাবনি
অরানবা হায়বসি ভাবনা শাবনি।
পুন্সীগী মমল ভাবনা লেপ্পনি।
অকক্কবা মমল লৈতবনি।
অচুম্বা হায়বসি অকক্কবা অরেপ্পা অমতা লৈতে

কৈগীনোনে
থাদবিরমলিববু উমাইবী অহুনা
মফমসিদ্রা ঐবু ?

## মাবী

থরায়গী দ্রোমাসিদা,
এৈনা হায়নীংবদি
কর্ণদমু পীবিয়ু
চাংয়েংজনবগী তঙ্গাহুদদি।

চৎনবীসি চৎনরক্লি অমুম্মক মহৌশাদগী ;
নত্তে,—দ্রোণাচার্য্য, কৃপাচার্য্য হৌজিক্তি ;
লৈত্তেংদে—নীংথিবা লৃহুপ থাঙ-তা ;
ফিজেৎ লৈত্তেংগী
অরংবা অথকপা কয়ানা ;

অহুবু নত্তে মথোয়গী মক্কমশিংহুদি হাঙবা
নথোয়মু লৈত্তেংলি স্ম্যুট, তাই, কার
নপা নপূনা তানশিনলম্বা শেল-থুম ;
অমদি
রানোম শেঙ্গা কয়ানা।

নঙনা করি অমুক পামলিবগে ?
হৌজিকপু ?
পৃথিবীসি লোইনা তুম্নসিন্নু
অহুগা শেয়শি অমুক পূমনৌ নৌনা।

কনামতা য়াওদ্রবা আর্জুনগা
কনামতা য়াওদ্রবা কর্ণগা
চাংয়েংনবগী খুৎলাই অনী থেংনবহুন্নী
পূন্সী অমা
নৌনা শাগৎশি। পূমনৌ নৌনা শেমগৎশি।

নখোয়না উই পুন্সীবু

শিন্নবা ওইনা, নত্রগা, পোক্ত্রিবা ওইনা।

ঐনা উই পুন্সীবু

হৌজিক হৌজিক হিংলিবা ওইনা।

নঙতগী ওইনা,

ঐতগী ওইনা,

মাতগী ওইনা।

থম্মায়গী লীলাদি

মচু কয়াগী অহিংবনি।

হৌজিক্কা চেন্থরি

শান্নরি চেন্থরিবা ঈচেলগা ঈরোয়ননা

ক্রুরা, দলান, সিতিবস, ট্রেক একাগাড়ীগা লোয়ননা

মচুগী লৈরাংনা শাংপদা

অয়ুকী লীক্লানা চোংপদা

আশাগী খোইমুনা পাইবদা

নোংনা পাইবদা

লৈচিলগী লীলা মরক্তা

লেপ্তুবা খোঙচৎসি।

চাংয়েংনবসি লেপত্রি

কবিনা শাগৎপা নোংগী অমুবা শক্তম মরক্তা

সিনেমা হোল মমাঙগী মীনা ক্লক ক্লক ইন্নবদা

চেন্থরিবা পুন্সী ঈচেল মরুমদা।

হে কর্ণ

নঙদি নাইতোম তাবনি

লাইয়াম্না নঙবু শুংশিদে।

কর্ণ নঙদি

তাইবঙমীনি ।
আৰ্জুন্দি মীথীবোঙ মীতম্বান্নি।

খুৎলাই চাংয়েংনবদা
কৰ্ণদস্থু শীবিগদবনি
তঙ্গাহু য়াওজনবগী ।

মীদি মীনি
লাইদি লাইনি ।
য়েৎশিন্নরে
য়েৎশিন্নরে ।

হো লৈবাক মচাশা !
মীগা লাইগা য়েৎশিন্নরে ।

খঙদে ঐ
নখোয়গী লাম লামহুনা পুবকপা মরৈহু
ঐনা খঙবা হায়ববু
মীচঙ শঙ্গন লৈতবা পুন্সীহুনি ।

ঐগী দাবীদি
কৰ্ণস্থু হিংগদবনি ।
মাবু মনীং তমহল্লু
মাবু মনাং তমহল্লু
মাবু মনীং তমহল্লু ।

## মপাল নাইদবসিদা ঐ

পাল্লবা,
য়াম্না পাকপ্রবা,
মপাল নাইত্রবা ঈপাক,

লংত্রিক লংবা ঈপাকসিদা
ওান্থ থঙ্গোংনি ঐদি।

লুপ্রবা,
য়াম্না লুপ্রবা,
হায়নীংওাই লৈতনা লুপ্রবা ঈশিংসিদা
ওান্থ থঙ্গোংনি ঐদি।

ঈরুপ্পুনা শান্নে ঐনা,
ঈরোইত্নুনা শান্নে ঐনা,
চুপ লুপ্লগা
য়াম্না কুইরবা তুংদা
ফোং ফাওগংলি
অমুক
ঐনা।

ঈপাকসিগী মথক্তা অমুক,
পাক্লবা অতিয়া,
ওমথৈ ন্যাইদবা অশংবা অতিয়া,
অতিয়াসিদা শান্নে ঐনা,
চোংখৎতুনা শান্নে,
পাইখৎতুনা শান্নে
অতিয়াসিদা।

অম্বুম
অম্বুম
তুমশিনথি ঐ
ঈপাকসিদা ঐ

অস্থুম
অস্থুম ;
চুপশিনখি ঈপাকসি
ঐভোন্দা
অস্থুম
অস্থুম ।

অতিয়াসিদা তিনখি ঐ ;
অতিয়াসি তিল্লৈ ঐভোন্দা ;
তোখায় তারম্বা অনী
ওইখি অমতা
ওইখি ।

## থাংজম ইবোপিশক



### অনৌবা থুংলবা জীব

সমুদ্র তবেংকী জ্ঞান খোমজিল্লগা
থরায় পানবা পুম্নমকী
নশানা নিংথৌ শেমজবা
হে মীওইবা
হৌজিক্তি কমদৌরে থৌরী য়াম্দুনা শিজরেদো !

ফজবা ফজবা ওঃ মমীৎ তাওগ্রে উবা শুমগ্রে
লুংশিবা অচুম্বা
চাকথেকঞ্রে শরু ময়ামগী মৈরীদা
ময়াই কাবগী লানকমদা ।
পুম্নমক কৈস্থু য়াওগ্রবা
কৈস্থু য়াওগ্রবা মপূক হোত্রোং হোয়বা হাল্লবা ।

মীওইবা—লৈত্রে মিংসে তাইবঙসিদা
শিগ্রে মথরায় মথোয়গী ।

উরিবসিদি কনানো অহুদি ?
শাদগীস্নু হেন্না শাথীবা জীবনি
হুন্দক্তা নৌনা থুংলবা।
মখোয়গী মমিং থোল্লক্লি।

## নীংথায়রবা মুর্তি

ঙরাং অহীং মখোল অমা তাম্ল
শেগাক কীস্থখিবগী
নাকোংদা নুংথংনা য়েশিনখি !
খা-ৱাং কৈরেংননা চিংথেকখিবা
নীংথায়রকপগী খুংচাউ অহুনা
মুহাহাবদা।
কুইনা মন্দুনা লৈরক্লবা খ্বাইরমবন্দ বাজারগী
ভাগ্যচন্দ্রগী নুংগী মূর্তি তুখিবনি।
রাজর্ষিগী ঙক তেক্লুনা
লুহূপ কোন্নবা কোক
লৈমায়থক্তা কেল্লমই।

মী শঙ্গু শঙ্গু চংখি
মায়গৈ কয়াদগী
মীংয়েং চোইদে তথক্লবা থম্মোয়গী
রেসন সোপ্তা
ঐগীনা হান্না ঐগীনা হান্না
তুংশাদা ফীওৌ ফৌরৈ।
চাদবনা তংলবা ফিজেংকী ইকাইবা নমহংলবা
মৈতৈ প্রজা।

নীংথায়রবা মল্লবা কংলাগী
চেকতেক চেক্কুপনি তোইববা থরাম্নগী।

অসোমদা
কনাম্ন হন্না য়েংলদে তুমীংফাও তুবৎ পাইরদে
কেল্লবা মকোক
লৈমায় থক্তা তাবমই।

অথাপ্পদা কাঞ্চিপুরগী কোম্নুং অমনবা
মুশূক মুশিন্না উরমই
লৈচিন অরাউবা মরক্তা।

## হয়িংখোংয়াম্বী

অমাংবনা থল্লবা প্যোলা অমদা তোংলহনা
হযিংখোংযাম্বী অমনা খল্লি—
গোবিন্দদি উকংনা শাবনি
মাগী অশেম্বা মচুতনা
মাবু 'মা' ওইনা উহনবনি।
অহুগা যীশু।
বিজ্ঞানগী খোঙচৎনা 'গ্লোব'পু
মেছিন ওলহল্লবদা
ক্রোসতা য়াল্লিবা অতুম্বা নঙনা
কয়িবু উৎলিবা?
'অচুম্বা' হায়বসি চেগী লৈনি
ঙবাং—অচুম্বগী রাহে অমথক্তা
পুন্সীগী নামংপুম্বা ফংহনখিদে।
—অহুদগী অমোমতুগী

অমাংবা মকুপ মকুপ তৈরবা মাশা শাগন অমাঁদা
তেথনা তোংলহুনা
মীৎকুপ অমত্তং পঙথখি !
পৃথিবী খোঙচৎ লেপত্রে !
সৌরজগৎ
কজরবা থম্বাল চামনীপালদা শাৎকায়রকই !
—অহুদগী পঙথরুবা হয়িংহু
মথা তানা থল্লকই—
মানি
যুগ কয়াসিগী লেপত্রবা রাহংগী পাউখুম
অসিনি—
নেশা পাল্লুবা মীৎকুপ্তু পুন্সীনি।

## দষ্টবিন অমগী রারী

কোইলাস-দ্রম ভংথায় অমগী মপোক্পা
ঐহাক
দষ্টবিন অমনি।
পৃথিবীবু কোকথোং নাহুনা
অপুম্বা কোকথোং—
ঐগী পুন্সী
মথীবোঙ লাওথ্র লাওথ্রবশিংগী
পান্ন কোদাং
যুগী অওবা ;
অশেঙ্গা চরিত্র মন্নাম
কৈরেং তুরেংনা থেংগায়নবগী

অমাংবা

চেথী চেকুপ চেকুপ ;

অও ! নোংমদি শোয়রোই

নোংমদি শোয়রোই—

ফাক লাউনা পোকখায়রকনি

ঐহাকী

থাওবা রারবা থবাকসে

শেং চেংখায়রক্লনা ।

নীংশিংলি

উরি—

ত্রম তংখায় ঐগী খরদং ওায়রবসু

লৈবাক্তা

হৌরমই

ওৌদ ওৌবী কবোকলৈগী চারা অমত্তুংদসু ;

ইমীংসি পাওথোকচক্লনা

য়েংজরমই সংসারবু মিতাজনা ।

অক্লবু—ও !

লৈপোম তম্নকলবদা নোংমা

ইথম্মোয়দা য়োৎপাক্লা

শেগাক খায়থরক্লগা

লাক্লনা ফুক্তোকখি !

করিদি লৈরকনি উপাই ?

শীঙ্খিবা পি

মরীকু

বিলামাতিগী সুংশা শারবা লৈমায়না

ত্রক কংহনখি । অক্লদগীদি

মুশুক মুবা থনোয়নবা মীনায় নুপাক্লনা

খাক্লা খাক্লা নোক্লগা
অমোংগা মপৈ মপৈ
মপৈ মপৈ ... ।

## কাউস্তর

রাজেন ফ্যেসন সেস্তর

লৈবা য়োনবগী কারবারগী
সহরগী মীশিং পুল্লে
থুঙংগীন্নু
কাঙবু কাঙবু পরেং পবেং লাকই
পবেং পবেং হুনখি
কাউস্তরগা শকথঙনখি
থম্লখি থমদবা য়াদহুনা মরী ওইবগী মতৌ

হায়রিবা মীশিংহুগী
য়ামদ্রবদা লৈনৈ
পোস্টেল ষ্টাম্প অমমম মশা মশাগী

অয়ুক মুংথিল মুমিদাং
লৈবা য়োনবগী কারবারগী

মীশিংহুনা নপশিন্নমই ষ্টাম্পগী মচেৎ মচেৎ
কাউস্তরহুগী মশা শীনবা থুংনা

অম্মুক্লা চহী কয়া হৌরে
জানুয়ারিদগী নবেম্বর অমসুং ডিসেম্বর

দিসেম্বরদগী দিসেম্বর অমম্নুং দিসেম্বর

দিসেম্বরদগী দিসেম্বর অমম্নুং দিসেম্বর

অহুবু

পরুমদে ষ্টাম্পগী মচেৎ অমত্তমু কাউন্তরদুগী মশাদা

ষ্টাম্পগী মচেৎ অমত্তমু কাউন্তরদুগী মশাদা

ঐ অমম্নুং ঐগী ইমা

ঐখোয়গী ইমাহু মরৈ তরা লোঙবী নূপীনি
অহুনা অহীং মুংথিল নাইদনা পঙ-ঙাঙদা ঙাঙই !
ঐনা চেল্লি য়ুমদগী কৈথেলদা
লম্বী শোরোক্তা কণ্ডাওমনা
মপু পান্দবা হুইগুন্না ;
হঙ্গিল্লকপদা অমুক ঙাঙলকই
'পাপীগী মচাশা নহোয়বু শিগ্রোনে
মীগী মচাদি হু চাদনমু মশিকো'
ঐহাক শাউবনা ঈ কারমই
থম্মোয়দগী মিহুন ফন ফন চোংথোকই ।

অহীং ঈচীক হুল্লকপদা
ইমানা ইনাক্তা চঙশিল্লুনা মুংশিনা শৃৎ শৃ নানবিরকই ;
অরাম খৌরাংবনা চাক্লবা ঐগী ইচৌন্দা
মাগী খুংচাশিংহু থেক থেক্লুনা পীক্লরকই
মমীত্তগী পিরাং শীন্দুনা ।
ঐহাক অরাম্বা কোক্লমই
অমুম কংশিল্লকই নোংমা নোংমগী ইমুনা
শরূদা উম্ভনা কৃপমুই ।

অযুত্তা হূমীংনা মাঙোল ময়ায় য়োরকপদা
য়াওয় শাওন্নুবা হীগ্নি ঐহাক্তি
কান্নদনা মঙল্লও শান্নহুনা ;
চঙশিল্লকই ইমানা ঐগী কম্মাঙদা
মমীং শৃক্তোক্তুনা মরৈ তরা তম্নহুমা
দির্ঘদগী হৈথরকই
'পাপীগী মচা য়াহৌথেঙ ! নহোয় থাকপদা ইন্নসি তেন্নে
ইপামদা ফৌগৈনা চীংদুম শাবহ্ তুমল্লে ;
মীগী মচাদি পঙশি মশিকো
নহোয়দি থক য়াওদনে কূমসিগী লাইচত্তা ।'
ঐহাক্না চোংশিন্দুনা ইমাগী মথবাক্তা কাওশিল্লি
মবাইবক্তা নেংথৈ হন্না হন্না
অহ্নগা চৈজৈ ইশা ইতোম্মতা
করিগী পোকপিবম্বনো শবোযসিগী মচা ওইনা ?

অহীংনা শূক শুনা মন্নবদা
অশাউবনা চাকথেন্নবা ঐহাক্না ইমাবু চাথোক্লমই
শাহীং চাবা শা ওল্লহনা,
মখূং মখোঙ শায়দংলি
মকোক শায়দংলি ইমাগী
ইশাগী চাবান্নবা কোক্লবা !

মীংকপ থোবকপদা
থিরমই ঐনা ইমাবু অমুক
ফংল্লে ইমুং কাগী মকম অমত্তদম্নু
শূমাঙদা মনীং ময়াদা ইংখোলগী অকোয়বদা
হন্না হন্না থিন্নল্লে ফংবা লৈল্লে ।

নাইতোম ভায়রা তাইবঙচুদা
শীক্লিবী ইচনলুপী শীরবা ইনাওশিংনা তুম্পাক তুম্পাক
হীপ্লম্বহু উক্লবদা কোক্লবা নৈমায়ুথক্তা
ইমাগী শকম্না মনা মচু ওইনা ভাল্লক্লে
নৌরবা নারাশিংগী মায়থোঙদা।
ঐগী মাঙগ্রবা পুক্লীং হঞ্জিল্লকই তপ্না তপ্না
চেক্লাওম্না শীক্লবা মহুমদা;
হীক্লা হীক্লা কপচরমই ঐহাক্না ইমাবু কৌরহুনা।

মীংকপ থোরকপদা অয়ুক্তা য়েনবারাবা খোংলকই।
অহোবা য়ুমথক্তগী চাইথরকই হুমীংকী মঙাল।
ইথা থাজদনা ইমাবু অমুক হন্না ফংজরমই
মখ্বাঙ মেৎলহুনা পৈরহুনা খেকথবকই ফম্মাঙদা
'পাপীগী মচা কুমলৈনা নহোয়বু শিরব্রো!
শিত্রবদি হৌগংলু নশক য়েংগে।'
হন্দক্তি ঐহাক শাউনীংবা অমত্তা পোক্তরে
পেন্নবা নোকথোক্লে ইখুৎনা ইমায় খুমজিল্লহুনা।

# খুমলেম্বম ইবোমচা



## লোনশিনখ্রবা থোঙ

সনাগী মাশা পানবা লাইগী মচাশিংনা
পাইরকখি মণ্ডালগী আতিয়াদা
পুরদুনা কু অমা
নোংমদোন শম্মা শাংলবা ;
থবানমিচাক লৈরাংগী চবুন চবুন
থীবথরম্মি কু অদুগী মথক্তা।

পাইরম্মি লাইগী মচাশিংদুনা
সনাগী পীক্রবা মাশাশিংদু থপদুনা
শকখি ঈশৈ কপ্প কপ্প
"হো শন্দ্রেম্বী
        থোরক্লো থোরক্লো
নহুম পোঞ্জেন শাবিগে
লাই থুবাক থুবিগে
হো শন্দ্রেম্বী

## থোরক্লো থোয়ক্লো*

হৌগৎলকথি কু মহুৎদগী ভগবান বুদ্ধ
মমীঙ্গা ঈ কারহনা য়েংলকখি ঐঙোন্দা
ও ! কয়াদা কিজগ্রবা
কৈ মকোক ! কৈ মকোক !
কৈ মকোক পাল্লবা গৌতম বুদ্ধনা
অকিবা ফংনা ঙংলহনা
শেগায় শেগায়হনা চারকই লাইগী মচাশিংহবু
অহুদগী
মাশা পাল্লবা কৈজাউ অহু
পাইরকখি ঐঙোন তম্মা
ঐনা অকিবা ফংনা লাউরহনা
চেনশিনজখি শুকং অহুদা
ও ! লিল ! লিল !
লিল শঙ্গু শঙ্গু পাইশিল্লক্লনি ঐঙোন তম্মা
উপাই লৈতনা
ঐনা পঙচেন্দা চেল্লি
খ্বাইরম্বন্দগী চিল্লবা মীরক্তা
থক্কৎলবা থবাকসি কোন্দুনা চেল্লিবৈ
যাঙনা থৌজিল্লকই তেক্ক অহু
য়ুম অমদা চেনশীন্দুনা
ঐনা লাউজৈ, থোঙদা দঙ দঙ থীল্লহনা

হো থোঙ অমুক্তা হাংঙো
থোঙ অমুক্তা হাংঙো

নাকোংদা খোঞ্জেল থর তায়
ঐনা খঞ্জে

মহুংদা কনানো থরদি লৈ

থোঙ অসি শোয়দনা হাংদোরকনি

অহনা হয় হয় লাউজরম্মি

থোঙ অমুক্তা হাংঙো

থোঙ অমুক্তা হাংদোকপিয়ো

কিজবনা ঐগী খোঞ্জেল তনিক অনিকই

অহুবু কনানম্ম তাবিখিদ্রে

থোঙ অহু অহুম হাংদোরকখিবে

কা মহুংগী নিলবদি

অসুম হেনগৎলকই অসুম হেনগৎলকই

ঐগী থম্মোয়দু অসি

ও ! ঐগী থম্মোয় অসি

মতৎ মতৎ তৎখিবা শোয়দ্রে

শোয়দ্রে ! শোয়দ্রে ! কা অসি পোকথায়বা

হো থোঙ অমুক্তা হাংঙো

থোঙ অমুক্তা হাংদোকও… ॥

## মখোয়গী য়ুম

ইনক নক্লবা

থুনসিগী রাংমদা

লৈরে শোরারেনগী মখোঙ

নোংখোঙ পরেং

অম্মুম্মা থঞ্জহনা

লৈশাবী পাথংশিংহনা

লাঙ্গোক্লম্মি থুন রাংমা
অহুবু
কদাই নোংখোঙ পরেংদি
লৈত্রে অমুক
লাঙ্গোন চীংগী রাংমদা।
খোঙকাপ অমদগী খোঙকাপ অমা
লৈতঙ্গায় কয়া তিংখং বয়া
মুমীংয়ুংবগী মুংশা মায়ওন্নমহুনা
লাঙ্গোরকই
লাঙ্গোন চীং
কদাই নোংখোঙ পরেংদি
নোংমাইজীংগী রাংমদা
অহুদগীদি
অসুম চৎপা অসুম চৎপা
নোংখোঙ পবেং য়ৌনবা

হৌজিক্তি
হকচাংগী কয়াৎপুম্বা চোকথবে
লৈত্রে পাঙ্গল
অমুক হন্না চৎনবগী।

অহুদি হায়রগদ্রা
বিদায়,
বিদায় নোংখোঙ পরেং

সিগী মথংদদি করি
নোংমাইজীং লাঙ্গোক্লগা
শোয়রদনা ফংলগদরা নোংখোঙ পরেং

লাকখিবনি
পুন্সিনা মমল শুইরম্লুনা
অদুবু
করিনো তৌগদবা
তান্নুবগী কান্নবা লৈখিগদ্রা

লাম্ছোরক্লে নোংমাইজীং
কদাই নোংখোঙ পরেংদি
লৈত্রে অমুক
মাঙদা শন্দোকখিবা
লম্পাকসিগী ভমথৈদা
ভমথৈগা লেংগোন্নরম্লুনা
হৌজিক্তি
থাদোকপা তারে নীংজবা পুম্বা
মুংথিলগী ময়ায়চবুক্তুগী
মুমীংসু লাপ্পা চৎথরে
করিবু কান্নখিগনি
তান্নরুবগী নোংখোঙ পরেং
মমশিনথ্রবদা মাঙ তুং অকোয়বা
উথিদ্রে নোংখোঙ পরেংসু
লৈররোই কনাগীসু থুংলুনবা যুম

খোঙ লোনশিনখ্রে
দলান পুন্নমক সহরগী
মুথৎখ্রে ষ্ট্রিট লাইট
অদুগা
দলানগী মতোনখিংদি

হেয়া হেয়া রাংখংলক্লি
হেয়া হেয়া মমশিলহল্লহুনা
সহরগী ময়ায় চবুকপু
হৌজিক্তি
উখিদ্রে লম্বী অমত্তসু
অশিবত্তম মমশিনগ্রহুনা

মৈত্তালগী মন্নীক অমত্তসু থোবক্কে দলানশিংদগী
মঙাল কংদ্রবা
সহরগী ময়ায়চবুকসিদা
লেপ্লি
লৈশাবী কয়া পাখং কয়া
কদাইদা চত্তগদগে খঙদ্রহুনা

অহুগা মথোয়গী যুমদি
নোংখোঙ পবেংগী রাংমদা

## থিয়েটরগী রিপোর্ট

নহান,
উবা টকিজগী মমায়দা
মথ্বায় য়াওদ্রবী হেলোয়হুনা
মফি মরোন মক্ষম খঙদনা
নথোয়বু করিমত্তা উশিত্তবমখৈ
লেপত্তুনা লৈহৌই
লৈবাক মমাঙদা।

মাধব অঙাওবনা
ছুইসেন প্রিং প্রিং খোংলছুনা
তিংখংতুনা লাউহৌই—
সিভিলাইজেসন ! সিভিলাইজেসন !

য়াম্না জ্ঞান তাবা
মকোক তাঙবা নহাছুনা
চাবী তংলবা মাগী ঘড়ীছু
পঙলৈদা লৈথংলক্ষ্মী ।

থিয়েটর য়েংমিন্নবদা
মমীং মুংশিবী চন্বাছুনা
ফল্লপ ফল্লপ যেংখিবদো
হাই হাই চাকথেকখি
হাই হাই
চাকথেকখি
হায়খি কনানো খবনা—
কবিগী পাখংলিবনো
পাখংকন্নু
পাখংবন্নু

হীরোছুনা হেক হৌবদগী
চাউববা কাংশিছু
হুমাং তাবমখৈ য়ৈরক্লি
অছুবু
মখোন্দি থোরক্কে
শুকথোক থোরক্কে ।

মহাক্না খজ্ঞন্নিবদি
অমুক্তংদা ওইন্নবস্থ
দোঙ লাউবা মখোল অমনা
ভাবোক পুম্নমকী নাকোঙ চেকখায়হনগে
অসিনি।
অহুবু
তেং লাউবা
শীকপ্রবা মখোল অমফাও থোয়ক্তুবহুদা
নীংবা কায়না হংলকই—
সিবু করিগীনো সিবু করিগীনো

নহাহুনা থুমখি—
ঐস্থু ঘড়ীগী চাবিসি
হেক হৌবদগী থারক্লি
অহুবু ঘড়ীসিদি
স্নুকচৎ চত্তে
স্নুকচৎ চত্তে।

## জগোয় জগোয়

করিবু কাম্নরিবগে
হৌজিকপু অমুক কপ্লুবগী
করিবু কাম্নখিগদগে
নোকবা হোৎনবগীস্থু
করি খেন্নে
কম্না অহুগা কপ্তবা
নত্রগা নোকপা

মসিদা কবি য়াওব্বিবগে

ঙসিদি
ওইরে পৃথিবীসে
পীক্লবা বিন্দু অমথক
চোকথরবা খোঙচৎসিদা
হুমীৎ থা থব্রানমিচাকশিংগী
চহী কয়া যুগ কয়াগী
হোংবা নাইত্রবা জগোয়গী পুংলোনসিদা
করম্বা অনৌবা খুৎথেকী নত্রগা খোঙথাংগী জগোয়নো
ঐখোয়না ঙসি শাগদবা
ঙসিদি ঐখোয় গোপীনি
মম্লবা থাশি অহীংগী
লৈতে কৃষ্ণ য়াওদে রাধারাণি
লাকখিগত্রা কৃষ্ণদো অমুক
য়োৎশিনগ্রবদা বকাসুরনা
মায়থীগ্রবনি কংশগী মথুরা

থঙদে
করম্বা কৃষ্ণগী আশাদনো
ঐখোয়না ঙাইরিবা
তল্লবা জগোয়সি শার শারহুনা
ঙসিদি লৈত্রে কৃষ্ণ
লৈত্রে রাধারাণিসু
অহুপা
থাংলি খোঙথাংসিদি
চহী কয়া যুগ কয়াগী খোঙচৎসিদা

পম্বুংক্ষম
পম্বুংক্ষমগী রাদি হংলগম্বু
কদাইদনো—মালেম আতিয়াগী লংদাইক্ষম
ঐখোয়গী খোঙচৎসিদা রাল-ক্লোকী মমায়দা
রাল-ক্লোকী মমায়দা
খুং অমনা লৈ লৈতুনা উঙলি
অহুদি কবম্মা হায়গনি অরোইবা রা অমা
মীৎ উইশিনবা অহীংগুম মমশিনগ্রবদা
কদোমদা য়েংলুগনি
পম্বুংক্ষম
অহুবু
ঐখোয়দি গোপীনি অনৌবা ইফি হোংলবা
জগোয় শারি তান চাব-চাদবা
থুজিল্লবা পুংলোনসিদা
( পুংলোন্দি হোংদে )
কৃষ্ণ লৈতে
রাধা য়াওদে
লাঙতক্লদ্রে ঐখোয় কৃষ্ণগীদমক
থাংলি
থাংখিবা খোঙথাংহুদি তুবোই ঙামলোইনলা
থেক্লি
থেকখিবা খুৎথেক্কু তন্দে মান্দেনলা
লৈত্রে ঐখোয়গী কৃষ্ণ
লৈত্রে ঐখোয়গী রাধা
খঙদে করিগী শারিবনো ঐখোয়না জগোয় অসি
করিবু কাম্নরিবা মসিনা
রাহং কয়া

পাউখুম হংজ্রবা রাহং কয়া
রাকং কয়া
তাবিনবা লৈত্রবা রাকং কয়া
অসিগুম্বা রাহং কয়া রাকং কয়ানা
ওইরে ঐখোয়গী পুন্সী
খঙদে কনাদবু রাকংক্তম থোকপনো

রাহং রাহং
অতুগা কদাই পাউখুমদি
পাউখুমগীদমক
চোংথদত্রা ঐখোয়না যমুনাদা

চোংথদে ঐখোয় যমুনাদা
শারি
করিগীনো খঙদনা জগোয়
হোংবা নাইদ্রবা থায়নগী পুংলোনসিদা
চহী কয়া যুগ কয়াগী খোঙচংসিদা

## অরোইবা রা

তুম্নশি মরূপ তুম্নশি
ঙসিদি ঐখোয়
মুংঙাইনা তুমখুন তাল্লশি ;
হংলক্লগম্ব অমুক
"পুন্সী হায়ববু করিনো ?"
চংলক্লে ঐখোয় লম্বেলসিদা হিংবগী
মমীংনা হেক মীংকপ থোরকপদগী,

ওসিদি অমুক লৈত্রে থন্নায়গী পাঙ্গল
খোঙ অসি অমুক থাংহনবগী।
তুন্নশি মন্নপ মঙ মঙলশি
পুন্সী হাযববু মঙনি
নত্তে লাল, নত্তে তাইবঙপান
লোইবা নাইদ্রবা মথোন চান্মা চান্মগী দলান্দা
লোইবা নাইদনা কাখৎখিবনি
নত্রগা
নীংখাযরবা যুন্ফমদা নৌনা যাত্রা হুনবনি
লোইবা নাইদ্রবা অমগী
ন্নাহংশিং অসিদি লোৎশিন্দুনা থম্মু
"কখি কান্নবিবা হিংলগা
করি কান্নবিবা শিবগনা।"
পাউত্তাক অসি অচুম্বনি
"যু থকউ
গঞ্জা থকউ
কানি চাঁও"
করি কান্নরিবা
ন্নাবগা নত্রগা মুংঙাইবগা
মুংঙাইবা হাযববু কদাইনো
মুংঙাইবা হায়ববু কবিনো
খুং অমা
উরু উক উঙলি
হংগন্নু—
"মসিগী কান্নবা করিনো
মসিগী কান্নদবনা করিনো"
কান্নবা অমম্নুং কান্নদবা

করি খেন্নরিবগে
হো পুন্সী
য়ু থকউ
গঞ্জা থকউ
কানি চাও
কাউথোকউ তাইবঙ পুম্বা
মঙ মঙঙ্ মুংঙাইনা ভুম্মু
হংগন্নু—

“করিগী পোক্লকলিবা ঐখোয়না
করিগী হিংগদৌরিবা ঐখোয়না”

হিংবা হায়বগা
শিবা হাযবগা
করিদা খেন্নরিবগে
হো পুন্সী
গঞ্জা থকউ
য়ু থকউ
কানি চাও
কাউথোকউ তাইবঙ পুম্বা
মুংঙাইনা ভুম্মু মঙ মঙঙ্
মঙ হায়বগা
তাইবঙ হাযবগা
করিদা খেন্নরিবগে
হো পুন্সী
য়ু থকউ
গঞ্জা থকউ
কানি চাও।

# হন্নুবী অমসুং পোত্তর

চহী কয়া অসি
খুনগী কৈথেলসিদা
কৈথেলগী মচী অমদা
হন্নুবী অমা ফম্লক্লি ,
মচীসিদগী
মফম হোংদে লেঙদে হন্নুবী ।
কৈথেল অকা অকুমদা মুত্তিগী
অমুক মুক কাওশীন বিরম্মি মঙোন্দা মীযাম্না
নাকতোন্দা নীংজোন্দা থজীন্দা
হোই মাই গাযদে হন্নুবীদু
তুমিল্লা ফম্মি মচী লেঙদনা ।

কৈথেল তিনখৎলকপদা
উক উক লৈনৈ মীগা মীগা
তুংগা তুংগা মাঙগা মাঙগা
মাঙগা মাঙগা
তুংগা তুংগা

কৈথেন্দা
পোং যোল্লি
হন্নুবীনা মৌনা মৌনহানা,
কৈথেল মযাযদা
খোমনোবিবী নৌ নহানা
মবুক থলহল্লি মথাগী অঙাংবু
থনাক্কী ফি.দান চিংগল্লগা,

মমল ছৈমৈ পোৎকী
বেড়ীগী মৈখু চিংশিল্লগা
বেড়ীগী মৈখু কামথোক্লগা

কৈথেন কারকই কৈথেন কুমখি
কৈথেন কুমখি
কৈথেন কারকই
কারকই কুমখি
কুমখি কারকই

কৈথেনসিগী ময়ায়দা
খোংনাং পাম্বী অমা হৌবি,
খোংনা পাম্বীসিদা নুংতিগী
পোম্বব অমমম থেংলৈ ।

অযুক্কা
নত্রগা নুংথিন্দা
নত্রগা নুমিদাংদা
নুংশিৎ উরু ক শী-লকই
উফুল মপৈ মপৈ হুমগৎলহুনা,
খোংনাং মনা অমমম অনীনী পাইথরকই
মল্লবা কৈথেন পোৎশঙ মথক্কা
হন্নবীহগী কোকথক্কা

কৈথেনসি ফাওহনা চৎখি
অহল নহা অঙাং
শলগাড়ী
হব্রাগাড়ী

নোংঙানবদগী স্থমিৎ তাবা
স্থমিৎ তাবদগী নোং ঙানবা

কৈথেন অকা-অকুমদা ঙাঙনৈ
হন্নুবীসি নোংমা পুথ্রনি
হুকুম থোকপা কুইববনি
কৈথেনসিদা লৈহল্লবোই

অহুবু
হন্নুবীহুদি অহুম ফল্লি
হান্নগী মফমসিদা মচী ইবেঙ লেঙদনা ।

নোং ঙানবদস্থু স্থমিৎ তাবদস্থু
কৈথেনগী লম্বীসিদা চৎখি
মুপামচা মুপীমচাশিং লাইরিকথাউ য়াল্লহনা
নোংমস্থু চৎখি
ফিবাল পায়বা খুঙ্গা ময়াম লাউ খোংলহনা
থেংচিল্লম্ম অহুগা পোস্তর ময়াম
কৈথেনগী খোংনাং পাম্বীহুদা ।

স্থমিৎ যুংখংলকপদা
উরু ক লৈহনা পাই উমাইবীশিংনা
কৈথেনগী মথক্ত ।

কৈথেন কাবকই কৈথেন কুমখি
কৈথেন কুমখি কৈথেন কারকই
কৈথেন অকা-অকুমদা ঙাঙনৈ
হন্নুবীসি শোযদনা পুথনি হয়েংদি

## লৈহঙ্গরোই কৈথেনসিদা
## অথুবা হুকুম থোক্লবনি ।

অহুবু
হন্নুবীগুদি অহুম ফম্লস্মি
হান্নগী মফমহুদা
রা ভাঙদনা মচী স্নুকলেঙ লেঙদনা
কৈথেন কারকপশিংনা
কৈথেন কুমথিবশিংনা
কাওশীনবিরম্মি মঙোন্দা অমুমুক
হোই মাই হায়দে হন্নুবীহু
তুমিন্না অহুম ফম্মি ।

# সনথ্যা ইবোতোম্বী

●

## খুঙ্গঙ অমা

খুঙ্গঙ অমগী কাঙবু অমা।
কপ্প, কপ্প, কপ্পী।
নোকউ নোকউ নোকই।
করিগী কপ্লিবা কনাসু খঙদে
করিগী নোক্লিবা কনাসু খঙদে।

খুন্দারিবশিংহুগী
মী থরদা য়াউ মকোক পাল্লি।
য়াউ থরদা মী মকোক পাল্লি ;
মেঃ মেঃ— ইমাঃ ইমাঃ
পূম্মিল নিল্লে মখোয়না লাঙবদা।

য়াউনা হায় ঐনা মীনি
মীনা হায় ঐনা য়াউনি।
য়াউগা মীগা রাইনবদা
লৈক্রক চৎলে খুঙ্গঙদো।

## রাহেঙবম রনজিৎ



### লম্বী

কাইনথঙদা
উন মতুম কয়া
ইকোক অসিদা নল্লবদা
মুমীৎপু কোকথোংনাববদা
লম্বেল অহু উবকই

তেম্পাক নৈতুম অমা
শাম্মা লংখিবহু নত্তে
নোংমৈ মরূ অমা
থাপ্পা কাপথোকখিবহু নত্তে
পাম্লিবসি
আ-ফাওবগী ওমথৈ
ওমথৈগী ওমথৈ

ওমখৈ পুন্নমক লাম্ভোরকপনি

মরমদি

চুরূপকী মৈথু অহাঙবনা থকচিনখিবদা

ঈশিং খুজোক অমত্তং মরুভূমিনা চূপশিনখিবদা

করিগী থরায় অসি

য়ুহা হারুনি

করিগী হারুনি

ঐঙোন্দা সনা ওইরিবসি

লেপ্পা লৈত্রবা য়াওনা চেনবা গাড়ীহুনি

ঐহাক ড্রাইভর ওইনীংই—

হোংদ্রবা নাকেন্থাগী পৃথিবীসিদগী

লেঙদ্রবা বসন্তগী লমদমদা

ঐগী খোঙচৎতা

উকং

শিহৌবসি লাইবক ফরে

শিহৌবসি লাইবক ফরে

হেন্না শাথীবা

হেন্না তমথীবা

মীশি ঙাক্তনি

মতুংগী লম্বেলদদি

মতুংগী যুগতদি

# এন, জ্যোতিরিন্দ্র লুৱাঙ



## খোৱাংবা

ঐব সনা তাঙবলত্তদা থাঙ্গৎলু;
নত্তে, থাঙ্গৎপিযু। থাঙ্গৎপিযু।

নীংথিবা সনা তাঙবলত্নদা ফম্লগা
( কাওথবক্কে নঙবু পাতালদা )
অত্নগা ঐনা উইত্নমা তুমগে
লুম্ম লুম্ম শাবা মুংশানিদা
মীগী ঈনা পূক পীক থল্লবা কাঙ মপীগুম
নত্রগা, তাহোগে কাকৈ মপীগুম
অৱেম্বা চাবগী অওবনা পুমতৈ তৈৱবা ঐ

য়েঙ্গোই, পাঙ্গলচাউবা
নঙগী কোক্তা তোংলগা ঐ নঙবু অমুক্কং থোগে
( নঙবু খঙহন্দনা )

# সৌগাইজম ব্রজেশ্বর



## নুমিৎ চপ য়ুংবা মতম

নুমিৎ চপ য়ুংবা মতমনি
পাংতা ঙা ফাবা অমনা ইন চিংঙি
লৌবুক্তা লৌমী অমনা যনবোৎ শূবি ।
শক্তিক নীংথিনা চাবা ফংখিদ্রবা ঙবাং শিখিবা
হায়েং অশিবা অমা তাউবি ঈপাকথক্তা
লৈজবা মখা ফাকতোক্লুনা
নুমিৎকী মঙালবোমদা ওন্দুনা কবেম্নবগুম ।
মালেম লৈমনা লাইজ ঈপাকপু মথাদা কোনবগুম
কোল্লি ঙা ফাবা অমস্তুং লৌমীশিং ।
অহুবু মীযামগী সাবথিশিংনা মৈথী কাপথোকপগুম
কাপথোক্লি
মখোযগী পুক্নী নুমিৎকী মঙালদগী ।
অসিনা হায়েং অশিবসে ঈপাক্তা অহুম তাউরি ।

# নিপা মচা অমা

নিপা মচা অমা লম্বেলদা চৎলি।
লম্বেলগী অর্থ মশক খঙলবা নিপামচানি।
অঙকপা থৌনা অমা থবাক্তা পুহুনা
কোনথরবা হন্সুবা সমাজসিগী মুক্তিগী মঙ অমা থম্মোযদা;
মঙসিদগী পোকলকপা খোল্লাউদি
ঐখোযপুম্বা শিবদগী কন্নবা পাম্বৈ থিদবা য়াদে।
বসন্তগী লৈবাংগুম্নবা মীনোক
মাগী মাযথোঙদা। জেট প্লেনগী খোঙচৎগুম্নবা আশা
হৌজিক কবম্বা তমথিবা শক্তিনা মহাকপু থিংবা ঙমগনি?
লম্বী নাক্তা ফমহৌবা মীশিংনা অমগা অমগা হংনরিবা রাহংনি
মাগী খোঙচৎসিগী খঙজনিংবা চেক্লা অমদি
মাগী খোঙগুল লীতুনা অতিযাদা পাইতুনা চৎলি।
কনা অমনা হায়রকই—কা হেনমনলি মাগী আশাসি।
কনা অমনা তুংদা কবেম্নবি।
অতুবু নিপামচা অসিদি মাঙদা লেপ্তুনা অতুম চৎলি।
ইতিহাস। নঙনা করি খনলি
নিপামচাসিগী খোঙচৎ উরগা,
নঙগী চোকথববা খোঙচৎতা মখোযগুম্নবা নিপামচা নত্রা
নঙগী ঈচেলগী অনৌবা ঈনোৎ হাপ্লা?
মখোয়গী মৈশানা নঙনা অমুক হৌগৎতুনা চৎপা।
খোঙচৎসিগী তৌবিমল নঙনা হন্না হন্না তাকপ্রো
ইতিহাস নঙদি নঙগী থৌদাংগীতমক শেম শাতুনা লৈরে
মৈ ঈশিং মুংশিং মঙাল ঐখোযনা খোঙচৎসিদা
করম্না মতেং পাংগনি খন্নবা ফৈ।
কন্নিনা নিপাসিনা খোঙচৎসিদা থন্নায় থাদৌবিবসে

*নঙ ঐ ঐখোয়গীতমক নত্রা ?*

সমাজ।   নঙগী শোৌগংপা নখূং অদো তিংথোরকত্রবস্থ

অলিতদি হায়বিয়ু মীয়ামদা

শিপা মচা অমা অচুম্বা লম্বেলদা চংলি

লম্বেলগী অর্থ মশক খঙলবা নিপামচানি।

## য়েংখোম বিহারী



### অচুম্বা

অচুম্ববু—

লৈগী লৈনি খন্দুনা ঐনা
রেশমগী খূৎনা থাংগৎকে হোৎনরুই
চেকশিন্না—
মশক মচু মনম মওঙ মপোপ
কায়দনবা হায়র্তুনা।

অত্তবু নীকখি, মায়থীখি
শোল্লমত্তুনা খূৎসি,
ওইরম্লবদা—
নুংগী নুং
কল্লবা।

অমুক—

নুংগী নুংনি খন্দুনা
থাংগৎকে হোৎনকই
য়োৎকী খুৎনা
লৈজবা পাঙ্গল
পীশিল্লগা
খুত্তা।

অহুবু—

মাঙখি-

মশক মচু, মনম, মওঙ
ওইবম্লবদা—
লৈগী লৈ—
থোৎলবা।

তেলঙ্গা

লংলাগী খোয়বীনা থরায মবী ওইবা - তৎকনবা
শুনুংগী অতিযানা হিংফম ওইবা - খোঙথাফম লৈতবা
চেগী হকচাংনা মাগী ওইবা-হাইহুম্বা শেগায়গনবা
তমঙমদবা মীকুপশিংতনা পুন্সী মরন ওইবা
তেলঙ্গানি,
তেলঙ্গা।

মুংশিংকী মাযোক্তদা হিংলিবা
মায়োক্লবনা কনখৎলগা হেম্না রাংখৎপা
থোৌনানা পুন্সীবু শক্তাক্লিবা
ফিদম্না পুন্সীগী লমচৎ ওইবা

ঙুংশিংকী মকোঙ্গা মহুম শান্নিবা
মালেম্বু অতিয়াগা শম্নহল্লিবা
নীংতম্বা অতিয়াগী নীংতম্বা শাম্নরোই ওইবা
তেলঙ্গানি,
তেলঙ্গা।

ঙুংশিংকী নোংলৈরক্তা থরায়বু তাউহন
খম্নাইত্রবা গুন্দ্রুংদা মায়কৈবু লাক
ওইথোক্তবা পুন্সীগী অঙকপা কুম্মৈ
অতিয়াগী কোম্নুংদা জগোযবু শাবা
পঙহত হরাও মশাবু নীংশিংদা
মপুগী থৌবাঙনা কবিনো খঙদবা
তেলঙ্গানি,
তেলঙ্গা।

## এস. ভান্নুমতী



### উরি ঐগী ঐমক্তা

হিংবদা ন্নারবা জগৎসিদা
কয়াম কুইননো হিংগদবা
খঙনন্ত্রবা খঙ্খোয় কয়ামা
ক্রিক ক্রিক ইন্নরবা মালেম
হুংশিবা মান্নবা জগৎসিদা
কয়াম কুইননো হিংগদবা ?
কনানা কনানো কনাগী
কনাবু করমনা থাজগনি
কনানা ওইরিবা কনাগী মরূপ
কনানা পীগনি মসিগী পাউথুম ?
ঙাঙলি কনানা মখৌ পোঙনা
শাগৎলি শেংদ্রিবা আশা কয়া
কাউখোকলি ফজ থবক অমগী ।

উরি ঐগী ঐমক্তা জগৎসিদা—
উরি ঐগী ঐমক্তা য়াম্নবা মীরক্তা
উরি ঐগী ঐমক্তা শেলগী লমদমদা
উরি ঐগী ঐমক্তা হিংনবগী লম্বীদা
উরি ঐগী ঐমক্তা মফম খুদিংদা।

৮

## কদায়দনো ঐবু

য়েক খোংপীবি ইমায়সিদা
করি করিনো—
মচু মচুগী তুবিনা
মিংতা, পীগুমদা, চীনবান্দা
খুৎ কয়া চণ্ডহনা ;
মশক উদে
খুৎ কয়া চণ্ডহনা য়েকপীবি।
শেংপীবি শেম্বীবি—
অমনা তৌবা অমনা থানদে
অমনা তৌই অমনা ইনথোকই
হমাঙ কাংই ঐ, মখোয়না উবীদে
অমগা অমগা চিংথোক চিংশিন্দা
মীকুপ কযা কি থোংদে হকচাংদা
মহুগী অরাবহু মখোযর্না উবীদে।
ওইরে মমৈদা ঐ, মচু কয়াগী জীব
মচু মখলগী জীব অমা।
কল্ল কল্লবা খুংনা
চিংঙি ইল্লি মাঙ তুং খণ্ডদে।

মুঙ্গাবাবা লোয়্রকপদা ঙাওবা কোক্কুম্ন
হাইনা হাইনা লেপ্লি ঐ
পান্থে লৈতে, পান্থে লৈতে ঐ
মিৎ পাঙবদা কনাম্ব উদে,
খুৎ মথামহুগী মপুহ্
কদাই কদাইদা লৈগ্রবা খঙদে,
ঐনা অান তাবকপদা
লেপ্লম্মী ইদোম পৃথিবী ময়ায়সিদা
ইথম্নতা, পৃথিবী ময়াযসিদা।
লেপখিবনি অহানবদদি
অতেকপা অহিংবা নাপী হৌবা পৃথিবীদা
অহুবু হৌজিক্তি লেপলমলে
মৈনা চাকগ্রবা পুমকং কংলবা নাপীথক্তা।
তাবমদাই সুমিৎকী মশেকনা
সংসাবদি মচু ওল্লকলি—
পোং চৈ পুম্বগী মশক মচু
ওল্লকলি লোইনা রাউথাংনবা
শেম্বী শাবিবম্বা খুৎয়ামদি মাঙখত্রে।
খুৎয়ামলক্তা অরাবা থাঙলিচৈঙ
মিৎ চেজেং উইশিল্লিচৈঙ
মাম্নকৈম্নু লেপহৌদে
কদাযদা চৎকনি ?
ঈশিংগী ঈশিং ঙাক্তা
মহুম্নু উনপাক ওল্লবা ঙাক্তা
উমং রামং ঙাক্তা
মহুম্নু লেপকং কংলবা ঙাক্তা

লৈরিবা মীয়াম শা—ঙা
নুং ওল্লবা ঙাক্তা।
জীব পূব্বা লোয়না
নুং ওনগ্রবা জাংলা ?
কদায়দনো ঐবু— কদায়দনো ?

# ইবেমপিশক



## তারকথি

নখোয় খুদিংনা হায়গন্নু -
নশাদো অমুক্তং থক্ন্ হান্ননা,
ভোইনা তান্নবদি থোইশাওই।
পীকথবা পোন্নুংশিদা
ঐবুদি য়োঙ্হিলং চনশিনবিরে
থজিক্তং কন্দোকপগী জগাম্নু থাজিনবিগ্রে নখোন্ননা
অত্থগা—
কদায়দনো ঐবু শান্নৌ হায়ন্নিবা !
ঐগী শংবান্নরবা মচু ফাওবা
হৌজিক্তি ওনগ্রে নাউথাংনবা,
ঐগী খোঙ্গেল
চান্নখিগ্রে ইপাংশিংগা।
থোইথুন্নবা উইহৈশিং

অমদগী অমদা-চোং চোং
ইশা ইন্নেং খপ
নিংতমজবা উমং রামং ;
মুমিংনা চীংয়া পকলকপদা
ঐস্থ হননিংলুই মহৌশাগুম
খপকে নীংলুই অমুক্তং—
পন্দুনা তারকখি ঐগী খাজিল্লবা পোম্নুংসিদা
খাজিল্লবা পোম্নুংসিদা · ......... ।

## ওপরেশন

ঐ শিববু কি
অঙ্গুনা
হিংঙ্গে লাকপনি,
শিবা হান্না তমখিবা তারিবরা ?
ওপরেশন থিয়েটর 'মুংদুদা
শ্রেং-শ্রাং খুৎলাই থাংদোক থাংজিনগী মখোলনা
থরায়সিবু নীকহল্লি,
নোংমদি মাঙলগদবা পুন্সীগীদমক ।
অহুবু
কাদবদি য়াম্রে
ওপরেশনগী শগাইথক্তা,
হিংনবগীদমক হিংননবগীদমক ।
নীকহল্লবা থরায়সিবু ফাথরগা
হিপথরম্মী ঐনা তপ্পা য়াম্না তপ্পা
খোঙ-খুৎ পাং তিংলে
তম্মলাই মানবা ঙাক্তনা

ঐগী অকোয়বদা লেপলরেঁ
অহুপা লোয়ননা
ৱাহং করানা ঐবু ককণ্ডাওনহনলে
অহুমী থুংদা
ঐনা করি তৌখিবা
মখোয়না করি তৌখিবা
ঐ করিমত্তা খঙবা ঙমখিদে
ঐ করিমত্তা খঙবা ঙমখিদে !

# মেমচৌবী

●

## লাইরৈপাক্কী অমম্বসিদা

লায়রবা
নঙগী য়ুমদনা ঐদি নঙগী নাইনি
ঐগী ইপানা নঙগীদমক য়োকলকপা
অমকপা য়াওহন্দনা
ইনাকখুনবা
নঙগীদনা নঙগী লাইথিবীনি
লৈতেংবীরকপনি ইমানা
মচু মচুনা নঙগী মীৎয়েং চিংশিন্নবা
থাবলগী ফজবা খঙজদে ঐ
লৈচিলগী অতিয়াগী
ও ! অহাঙবা মালংগী
খঙদে ঐ খঙদে ঐ
ঐখোয়গী পুয়ানা হায়
মসি লাইরমলেম্নি।

মতম মতম হৌগ্রবা মতম
লাইরৈপাকী অমম্বসিদা
হিংলক্পনি নও
হিংলকপনি মুপী নও
অশিবা থরায় নৈহৎপিরবা থরায়
ফমহনহনা অরাংবা ফিদমদা
অশৈবা কয়াগী সুমহৎপা ৱাহৈদা
পণ্ডথহনহনা হিংলকপনি নও
মালেমনা শীংথানহনবনি
'থৌনাফবী মৈতৈ লৈমা'।

অন্দ্রোগী মৈ

(১)

ফৈদাবুংগী লম্পাক্তা
মীহাৎ থৌরি অমমমদা
থবাক থবাক য়াম্থহনা লৈ।ব
মণ্ডক ইচোয় চোয
মমিং ইতুক তুকথ
থঙ্গাল জেনেরেল লৌশিংখোম্বা
কোয়বেং যুবরাজ থৌনাফবা।
অকোযবদা,
ফীওৌ কোকথুম্নহনা
খ্বাংদা খাংচেং লাকশিন্দুনা
লেপলি মৈতৈ মুপীশিং
মরু লুকথহনা তুমীন তুমীন

খোয়জীথাদা খোয়জী মীছন লাংখি
মৈগী চীং অমা
মৈগী চীং অমা।

(২)

মবুধৌ চীংখোং পোইরৈতোন হাক্তক্তগী
ওবহনা থমলকলিবা অম্রোগী মৈ
য়েংঙু য়েংঙু
ঙসিগী খেনফম ফরবা অয়ুকসিদা
মৈবি থোক্লা
ইঙাং ঙাংনা চাক্লেসে
ইঙাং ঙাংনা চাক্লেসে।

(৩)

পোকথায়বক্লো নঙস্থ
মৈতৈ নুপীগী শিয়োমন্নুংদা
কুমজা কয়া লোৎলকলিবা
অতূম্বা মৈগী চীং
অতূম্বা মৈগী চীং।

# বরকন্যা



মোংফমগী মীনোক

নওগী নখূংনা য়ুগী পাত্র লানশিনবিহ্না
ময়ায় কাহল্লন্থু ঐবু হিংনবগীদমক ।
খল্লু করিবু কান্নরুনি
ঐগী শদোং তোংশা
ঙম্না ওম্ভোকপ্রবদা শরূপোল্লাং ।
নহাক তাও
ঐগী থরায়না চিংলি ঐহাকপু
মোংফমগী লম্বীদা
শুক স্থুরবা
আশাগী তন্দন অমত্তম্ন পাইরক্রুবা
নোংয়াই চবুক লোনবদা ।
ঐগী ব্লাগী কাংথক মথাসিদা
লুমহ্না লৈরয়ে খম্ন ং কিকোই লোওনবীনা

চান্নবী, নঙ ঐবু রারৌগন্নুকো।
ঐদি চৎলগে নাকেম্বাগী লম্বীদা।
পীনীংদনা পীবে কায়না রাহৈ
নঙগী খুদোল শমজীরৈগী থাজৎপু।
নহাক কাউগন্নু
ঐগী পুন্সী মকা ফন্না লৈশাং তন্নন্মী
নোংমদি
শজিক থবানা নোংমদোন্দা ঙাল্লিঙৈ।
অতুবু লৈথবু লৈখা ওন্নগ্রে
ঙসিদি পৃথিবীস্তু।
উফুল শানা কায়খ্রে
শাগৎচকপা শক্তম কয়া।
শাংলবা হবাম মপৈগী পুন্সী
শুংগ্রং মাংগ্রং হিংলে থরায়
হিংচাবা কোল্লুপকী চৈকু মথাদা।
মখোয়নদি ঐবু "মী" কৌবি।
অথোংপা থম্মোয় অমগী মপুনি
হায়শিনবীরগা ময়াই কাহন্দুনা ঐবু
মখোয়গী মতুং ইলহল্লি।
অসুম্না ঐবু ইন্থখি লুখাককোমদা
হন চঙলবা অপুম্বা হৈ অমগুম।
তারিব্রা নহাক ঐগী মচু থোক্রুবা রারীসে?
দ্রৌপদিগীদি অমুক্তনি
সভাহুদা মফি মুনখিবা
করাম চাউবা হুযাবন্না।
ঙসিদি তোল্লবীশিংগী মফি
লীশিংলক মুনশ্রবনি

ইকাই খণ্ডবা মায়থাবশিংনা ।
পিয়াংগী ম্লাকং করিবু চন্নকম লৈরুনি
খম্মোয় কনবশিংদা ?
পুন্সীগী পোৎচঙ অহুমদং তান্নুবদা
ঐসু ঙসি ওইরি
থৌরী য়াল্লবা মূর্তি ।
অহুনা মায় পাকপগী ম্লারীদি
ঐ খায়ে ।
মায়থিবতনি ঐখোয়গী শক্তি
নঙ ঐনা খঙলিবদি ।
অহুভৈগী মঙলান্দো নঙ ঐনা মঙখিবা
কায়খ্রে তোইখ্রে অমম্বা শুরুং অমদা
অসিতনি ।
অহীং অহুগী মীকপখোন
থৌশাবীথিবরা কনানবু ?
চৎলসি অমত্তা ঙায়রবা লম্বীহুদা ।
কাউথোকখ্রো অহুভৈগী
ময়াই কাবা ম্লারীদো ।
থেংকে থোরাংলন্নু পোমশাংনবী
ইঙেল্লে ঐগী নাপ্পদা ।
অহুগী শরুক পোখংলো
অতেক অকায় মপৈগী নম্বোসে
পুন্সাসিনা ফংলকপা ।
য়েংউ, মাঙদা লৈরে খোঙলম্বী অমা
মোংফম তান্না চৎথ্রিবা ।
থাক্লরসি মফমদুদা ঐখোয়গী কোকথোং

থামম্বা অহীংসিগী ঈশৈ লোইত্রিভৈ।
মকমতুদা ঙাইরমনি খোয়রুম মীনোক অমতুং।
মতুতনি ঐখোয়গী লেঙদবা।
মতুতনি ঐখোয়গী নাম্থোকপা য়াদবা।

## অশিবৈ রাকৎ

খোঙনাউ লাম্থোকুনা কম্না শীৎলকই ঙুংশিং
অথেঙবা অহীংগী মমৈদা।
দিমোন্সট্রেসন রুমদা য়াল্লিবা
নোম্না তারুবা স্কেলেটন্দু তপ্না
হায়রকই ঙুংশিংকী শাফুত্থদা!
মীৎকপ থোক্লকই মহাক খঙহৌদনা
মহৌশাগী খুৎনা শোকপদা।
ফাওরকই থম্মোয়হুদা ঈচেলনা
শাফু কম্না চেল্লকপগুম
নীংশিংলকপদা মহাক্কী হৌগ্রবা রারীশিং।
অশাউবগী ঈনা শিংলিবু পোনখায়হনগ্রবগুম্মী।
কম্না লাউরকই স্কেলেটন্দুনা—
"ঐস্থু হিংলম্মী ঐস্থু হিংলম্মী
ঈংলবা মালংগী শহুম্লকসিদা
মকা ফম্না শাত্তোক্লম্মী ঐগী থম্মোয়স্থু
য়েন্নীংথাগী মতমদা
ফুগায়রবী লৈরাংগুম
ফুগায়না শাত্তোকখি ঐগী থম্মোয়স্থু।
অহুবু ঙসিদি শদোং পক্রুবা

শিংজি য়াঙত্রবা শরুগী। শক্তম
কিংনিংঙাই ভুকচ্চনীংঙাই ওইববা।
অস্নুমা মথং মথং কায়থরকখি
ঐগী মঙ আশাগী ফুবা।
হায়য়ুনে অহীংবশা
নখোয়স্তু ঐগুম ওইরক্কদবা
পাঙ্গল থোক্তুবা শক্ক পোল্লাং ?
ঐ থঙই ঐ নীংশিংলি।
ঐবু চঙহাং হাংখিবনি
হিংশেং শেংখিবনি।
লক্ষ্মাংদা লংথোকখিবনি।
থম্মোয় অমগী মপুনি খন্থবিদনা
উকক রাকক্তুম নৃংতুম চ্যেক্তুমগুম
লংথোকখিবনি ঐবু লক্ষ্মাংহুদা
মীহুংশি য়াঙত্রবা মীওইবা নখোয়না।
ঐ মহুগী লমন খুম্নিংই।
ঐ মহুগী লমন খুম্নিংই।”
খোঞ্জেলসিনা নীল্লকই
অচীকপা কান্নুংহুদা খোল্লাং যৈরকই।
অহুবু অমুক চীকখি মফমহু
মোংফমগুম্না তুমিন লৈখি।
মঙাবক কানবীদগী খোংলকপা
লক্ষ্মুই অমদি লঙজাশিংগী
খোঞ্জেল্লক্তা তুমিন লূপশিনখি খোস্তাংশিং
হৌজিক্তদা পিগী মবীকশিং
শিন্থবকই লেপ্তুনা অকংবা
শক্ক পোল্লাংহুগী মীংলু অনীদগী

লৈণ্ডুনা শিন্থুরকই পিগী মন্ত্রীকশিং ।
চীংথৈ ফীতুপ হুল্লক্লে
অতিয়ান্না মহাক্কী ভাণ্ডলৈনবা
কোকখুমক্কি হাইদোক্তুনা
মহৌশাগী জগোয় খুংহেক
য়েংননবা শেম শাবক্লে ।
ভাইহাক লৈরগদি লাক্লগনি
ফীভৌ শেংপা মেদিকেল ষ্টুদেন্টশিং ।
মহাক্কী হকচাং কায়াৎপু
পায়থুনা শান্নবগনি ।
মশীং থীররগনি অমমমতা ওইনা।
মহাক্কী খুজেংগী শব্দশিংবু অস্নুম্না—
"সি লুক্স টু প্রেণ্ডি ত্রাই টু কেটচ হাব ।"

## রতন থিয়াম



তিয়েনআনমেন স্কোয়ার ! নঙগী দমক
অঙাংবা গুলাপ

হৌজিক্তা অঙাংবা ফিবালগী সমুদ্র ঈথক হৌবমই। অহুবু
মীওইবগী অধিকার ফংহনবীয়ু
হায়জবা লাক্লম্বা
ঈবাঙখোল অহু লেপখরে
ঈ তৈববী
তিয়েনআনমেন !

নঙগী তম্পাক্তা মখোয় লোইনমক
নাহিগা লোইনবা মুংশাশ্বর হোনলম্লগা
ন্নাবহুনা তুমখত্রে
য়াওনগী থৌনা পুববা তনৌরিবা থম্মোই লিশিং কয়া
নেৎথৎত্রে বুটশিংনা চনপ চনপ লাওদ্রিক্লাওবা

কানক্রক মনম নম্লবা অমুবা মৈথু হায়দোক্লুনা
মৈ ঈক্লবা নোংমৈ মরূগী
মমিং থায়বা
মখোয়গী হকচাংশিংনা
ওন্ন খোইনা শান্নবরে অমুকফাওবা শান্নবা ফংলবোইদৌবগুম
অরোইবা ওইনা।

মখোয়গী স্মৃতিদা
ঐনা নঙগী ফিরাংজি থাববা নতস্থাক্তা
মিৎতগী কোকপা লোইররোইদবা মচুগী
অঙাংবা গুলাপ অমত্তুং থম্লমগে
তনিক্লবা মিৎলূদগী তারকপা পীনা লিক্লা ওইবগা
তিয়েনআনমেন!  নঙগীদমক অঙাংবা গুলাপ।

রাঃ কুঃ ভুবনসনা



## ওস্ত্রেলোপিথেকস আফ্রিকানস

কদোম্বদনো হৌজিকপু নহাক থিকগদবা

ওস্ত্রেলোপিথেকস আফ্রিকানস

অশোঙবা নায়ক ঙসিনা অবাঙবা সহব
উচেক রাযাগী খোঞ্জেল হৌজিক্লা লাক্লবগী মুন্নবগী
পাং তুবেলগী ঈবাওখোল মতমসিদনা মীকপ মীবাওখোল
অশংবা ভম্পাক্কী মহুৎতা
অকংবা লৈকংলা

কয়াদা রারবা
ঙসিদি
নঙগী লম্মেলশিংসে

ওস্ত্রেলোপিথেকস আফ্রিকানস।

করিগীনো নহাক্না লেপথৎতুনা চৎলমলিবা ?

কদোমদা চৎখ্রবা নহাকী
থন্নানমিচাকী মায়গৈ।

নঙদি রা ভাঙলমদে
নথম্ভা !
তুমিন্না
মক্সপ মপিজাস্থ লৈজরমদে
মতুনা হেন্না ফরমলে ?

ন্দরিবু থল্লম্বগে নঙনা মতমমতুদা
অহাঙবদা য়েংতুনা।

মতম অমদা শা
চীংদা মান্দা চেন চোংতুনা শান্নজরম্বা
ননীং তম্না
কয়াদা পেনজরমগবা মতমতুদা ?
ঙসিনা শীংথানরবা মীওইবা
সভ্যতাগী শাবঙ মন্নুংদা ;
ওস্ত্রেলোপিথেকস আফ্রিকানস।

## ধৃতরাষ্ট্রগী লৈবাক্তা

প্রজা পুম্নমক ধৃতরাষ্ট্রনি
নিংথৌগী রায়েলবু কিজকবনা।
অতুনা পোক্লকই ধৃতরাষ্ট্র চাম্মা চাম্মা
ধৃতরাষ্ট্র চা এগী মচা ধৃতরাষ্ট্র লীশীং লীশীং

ধৃতরাষ্ট্র লক্ষা লক্ষা।

নোংমা থিরকট্ট
নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রনা ভীমবু
হাংকদৌরগী কোনশিল্লগা চপথাযবীদুনা
ধৃতরাষ্ট্র অমদগী ওনখিবা
দুর্যধনবু হাংখিবগী লমন।
ধৃতরাষ্ট্র অমদগী ওনখিবা
শ্রীকৃষ্ণ অমনা অমুক
থাজীল্লি
যোংনা শাবা ভীম অমা,
অম্বুম্না হাংলি ধৃতরাষ্ট্রনা পেঙ্গনা
যোংনা শাবা ভীম অমমম
মাগী নৈবাক্তা মুংতিগী।

হৌজিক্তি ওনখ্রে
মী পুম্বা
ভাবনা শাবা মাথ গী
যোংকী ভীম

# থোকচোম বিশ্বনাথ



## ইচম চম্না অমসুং চম্নদা লোইবা

মুমিৎ খুদিংগী ওনি ওইবা। ঐনসু ইকোম কোম্বা ঃ অনৌবা ওসিগা সুম লৈবদোনা চৎখি অযুক ওই মুংথিল ওই নুমিদাং ওইনা। শম্নদি ঃ মুমিৎ থোকই অমসুং মুমিৎ তাই।

ফল্লাংগী কেলেণ্ডর শান্দোকই অনৌবহুনা অমনবা তেক ওল্লকপদা। ফল্লাংগী ঘড়ী নোংমাইজিং খুদিংগী চাবী থাই চযোলগী ওইনা কাউবা লৈতনা অহুগা চৎলি ঐনা কোয়বগা তুম্বগা চাবগাঃ কোয়তুমচা ওইনা।

শেল য়াওদবা ফুবিৎ খাউদা খুং হুমজিন্দুনা, খুং হুমজিন্দুনা খোংগ্রাও খাউদসু চৎলি খুঙ্গংগী লম্বীসিদা নোংজু মুংশাদা হঙৎ-তন্দা মুংশিবা থবায়সি পুদুনা ইতাউ তাউনা ইচম চম্না। নোংফাদোকসু হীসাব পাবা য়াদবা যুমগী থবক শুখি হায়বদি মানা লোকনি লোংশনজে। মুমিৎ খুদিংগী ৱা ৱা লাউই পুংকক চাওবী কুমারীশিং, নমায তক্খাই লোংশিল্লিবী মৌনহা অমসুং মউন খুইবী হনুবীশিং ওাঙনৈ লোম্না নত্রগা ফোংনা মতম থীক লৈতবা তোত্রী মখোঙদা ঈশিং ওাইনা ওাইনা ইমুং মনুংগী ৱা পুথোরুবহুনা ৱা ৱা নোকপসু মযাওই। মখোয়গী ৱারীনা কুম কাংবদা লেনশিলহৌই ঐগী রাসুঃ বি, এ,

লম্বোইবনি তু আদগীসি। তানা তাশিন্নদবা হৈ ঐ। ঐতনা খঙবা হোনৈ শাউবা য়াদে ৱাশকচৈ।

ঐনা ঐগী শেল য়াওদবা ফুরিৎ খাউবু কৱম্না সুংশিগনি: ইন্টরভিউ।

খবর চে পাই ৱায়ছুনা ইখাগী অঙাং শেল পীছুনা থবক চঙখিব-শিংদগী। থবক্কী এডভর্টাইজমেন্ত লোন্না য়েংঙি: ইরম্মী কেরানী ১০ গী অহাঙবা ফম। চহী: ৩৬ তগী হেন্দবা। মুন্না থল্লী চহী কয়ানো ইশাগী খুৎ থেক তুনা পাই। ফল তাই কুমশিগী চৈরাউ-বসিদা ৩৬। চহীসিদি সুমিৎসিনা থোকপগা তাবগদা 'সুম চংখিবোইরে। কল্লকইকো থোকপগা তাবগা 'সুম মাঙখিব নুমিৎ-শিং। নুংতিগী অনৌবা মানবা হে নুমিৎ নঙনা ঐবু থেমছুনা ঙসি ঙসি হায়ছুনা থাবল চোংগিন্নৈ মুজাগী মোল্লবী তনৌবী খুৎ-শাদোনা সুংতিগী।

ঐদি য়া য়া লাউনা হৌখিববু নীংশিংদবমথৈ: মন্থরমলেদনা।

পাঙথোকলিবা মীৎনা ঙাথরছুনা মুন্না য়েংঙি ইলেক-লেকথবা উনশাগী। শদোং পুন্না ইকোম কোমথবদা: নুংশিরবা পুন্সীবু ওন্থোকচরে পুমওন-ওনবদা। ফুলৈনবা উনতনা কুপ্পা লৈকঙল্লা মানবা ঈ মরানা পুন্সী ওইবা: থাজবা অমসুং চাউথোকচবা লাইবক অমা তাইনফম অমদি ঐগীসু লৈজরম্মী।

হৌজিক্তি হে মাঙতাক্লবা লান: নঙনা ঐবু থেমজিল্লো অরোইবা ওইনা। হৌখিবা অমসুং লাক্কদববু পুমতুম তুন্না মাঙখিবতু ঐগী ইখোঙনা হেক মুথৎচবা খোরাগুম ইরায় লায়হল্লু।

হে মতম নঙনা ঐবু তপ্পা তপ্পা লোন্না নারোন্দা লাঙ্গোই চনগে থোরাংলিবতু: ইবা লোইরবা চিঠিগী চিঠি খাউদা গম নপ্পা ঙাইবনি। নত্রনে মহৌশা: নঙোন্দা 'মুক তিনগদবা মরৈরবদা। ( কুইনা নৌবা তৌহৈদবগুম )।

# কোম্ভৌজম কালেনজাউ



## অতিয়াদা মুগুকমুবা চাকথোং চক্কু পাইরে

মায়কৈ পুম্বা নিল্লী, ইনকিলাব—জিন্দাবাদ।
প্রজা মীয়াম লাউরি, নীংতম্বা হুমিংনি গুসিদি।
মরি মরি চংলি তেরা ককচেংগুম লেপ্পা লোইবা নাইদে
হরাউরি অতিয়াদা পাইবা চেক্লা কয়াম্মু,
নোংমদোন থেংনা পাইরি মচু অহুমগী ফিরাল।
রায়েলশগুগী মতোন্দম্ম, অচৌ অশাংগী বাংলোদম্ম।
লৈরক্তা খুল্লক্তা ফিরাল পাইদে।
মুগুাইবগী খোঞ্জেল, হরাউবগী ঈশৈ,
তাদে করিমতা তাদে
ইনকিলাব জিন্দাবাদ!
পেন্দবা, মুগুাইতবা, অরাবা, কপ্পগী খোম্থাংনা
অরাম খোরাংবগী মৈচাক্লা লৈরক খুল্লক খগুদে,
তাদে, উদে, রায়েলশগুগী ফিরাল,

বাংলোদগী থোবকপা থোঞ্জেল
ইনকিলাব— জিন্দাবাদ !
থংনবিবা যুমদা অঙাং কপ্পী,
মতৈ মনাও ফুনৈ, খৎনৈ, বপ্পৈ
চাবা চাদবগী, শেংপা শেংতবগী।
মমানা চাকখুমদা চঙখিহ্রুনা
চাকথোং চফুদো পুখোবরুগা কপ্লিবা অঙাংহুদা
পায়হুনা শান্নহল্লি কপ্পা ফননবা
কপ্পা তোকতে। থোইনহুম কপখৎলকই।
মমানা মচাগী অবাম্বা কোকহনবা ওমত্রবদা
পাম্বৈ লৈবকত্রংচনা চৈশাং অমা পায়বগা
অমুবা মুশুকমুবা চাকথোং চফুদো
চৈশাংহুগী মতোন্দা থম্নহুনা
অতিয়াদা রাংনা থাঙ্গৎলগা
ক্রোক ক্রোক নীক্লকই।
অহুগা হৌনা হৌনা লাউবকই
"নীংতম্বা ফুমিৎনি ওসিদি।"

## ইলাবন্ত যুম্নাম



### মশল

সহবগী খাজিনবা ফক্লাং নত্রগস্থু খুঙ্গংগী শিন্মীশিংনা শ্বরিবা কোওপ-রেটিভকী য়ুমগী ফক্লাংদা ওইববস্থু এদভর্টাইজমেণ্ট থবা তৌবদি চুম্মি হায়না থল্লকই। কনাগুম্বনা সোবোক্কী• মথম্মোয়দদি কমদৌই হায়বীবক্লবস্থু অহুম য়াই। মী মকোক ময়াম অমা পূন্না য়েকশিন্নবগী মতম্না ঐখোয়দা থোৌদাবকই। মীকোক মযামসিগী মঙ্গুংদা মনাতোন নম্বা তুম্বা মমীং লাঙবা খূবা নাপঙবা পঙদবা খোঙতেকপা তেক্কবা পাবিরিবশিংনা থরগস্থু হেন্না থঙনীব লৈরগদি অমুকস্থু ক্তাপচিনবীবদা অইবনদি নীংতম্বা পীজৈ। পূন্না হায়বসিদা মচেৎ মচেৎ যাওদবগ্না হংবীরক্লবদি মতু তুবি পায়বশিংনস্থু খবদি খঙগনি। তুবিবু পায়হল্লিবা মহৌশাদগী কেমিকেলনা ওস্থোক্লবা মচু কয়া অতুনস্থ মশাগী শক উংচনবা তানজা লৈ। মিহুন্না থাজবগী শিংলিদা ঈ য়োক্লি।

শীংজবা কংবা কুইরবা লৈবাক অসিনা গুদস-ট্রেন অমদা কাশ্মীরদগী কন্যাকুমারী গুজরাটতগী মণিপুর তংতনা চংথোক চংশিন তৌই। মরক মরক্তা 'ঐখোয়গী' কৌবা ষ্টেসন্দা লেপ্পী। ষ্টেসনসি য়ৌরকপদা জীব খরা অমনা 'ঐগী' ষ্টেসন থোনগদবনি শীংনরম্মী। জীব খরা অমনম্মু চপ মান্নে য়াকংলম্মী। 'ঐখোয়গী'গা 'ঐগী'গা মপুম থীংনা নয়রম্মী খেক্করম্মী কোয়নরম্মী থোংতংনরম্মী। মসি উবদা ঈনা হায়রমই, ঐঙোন্দা য়েংলকউ। মোংফমগী লৈনা হায়রমই, ঐবু মখোয়গী নাপদা অমুক্তা চীনবীয়ু। থবায় পানবশিংনা হায়রকই, মীওইবদা য়েংঙু। মীনম্মু হায়রমই, জাতিয়তাবাদতা য়েংঙকউ। পূরমকসিবু থানা য়েংলগা ট্রেন ড্রাইভর অমুনা নমহংলকই, ঐগী মশলসিদা য়েংলকউ।

## পিরাংনা ইরবা শৈরেং

শৈরেং ইরমই ঈ মশানা। ঈশিংনম্মু শৈরেং ইরমই নোংজুথাদা। শৈরেং ইরমই নামিবনম্মু লৈ মরক্তা বসন্তগী। অমুনবা উটৈনম্মু য়াম্বরম্বুনা চরোং ওইনা ইরমই শৈরেং। য়ুনা শৈরেং ইরগে কন্না হোংনজবা মুমিং অমদা পোকপা কুইত্রিবা মপুক লাম্লবা অঙাং অন্নুনা থক্লিবা খোন্নাংনা শৈরেং ইরমই। শামান লেংমাম্নবগী হিদাম্নবগী কুম্মনা হোনবা খরনা শৈরেং ইরগে উংলিঙৈদা শাবী শানৌগী মিৎম্নাদা ঈহৌরিবা পিরাংনা শৈরেং ইরমই। মুংঙাইবগী হমাং মরীক্কা শৈরেং খোমজিল্লিঙৈদা অরাবগী টৌটিদগী লৈকংলাগী খুজায়দা হৈথরমই শৈরেং জোরো জোরো।

## কোন্সম কুঞ্জধবজ



### ইম্ফালগী মৈ

খঙহৌদনা মূংখিৰদা,
ইম্ফাল কোন্নুংগী বিজুলি মৈঙালনা,
লম হেল্লবা খূৎতু তিংথোরকখি
শা মচা অমা ফাখি
শেত্তুনা চাখি
ঈ চূপখি
পাঙ্গল্লবা শা মপী অহুনা।
অমুক লাক্লবদা মৈঙালনহু
উনরকখি মীয়াম্মা
চেন্থরিবা ঈখেংগ
য়েংনখি পেন্না।
অমুকন্থু মূংখিবদা মৈহু
ইম্ফাল কোন্নুংগী গলিদা শাংলম্বা থম্বালহু

শাংকম নক্তে হায়ছুনা

হেক্তুংখি

শেগায়খি মচেং মচেং

থমচেং চাথোকখি ।

অমুক লাক্লুবদা মৈণ্ডালত্থু

য়েংবতমক য়েংনখি,

য়েংবতমক য়েংনখি,

শেগায়রবা থম্বালগী লৈনাহু ।

# বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম



## বন্দি

মঙলি মখোয়না নীংতম্বগী মঙ,
তূম্লহনা ইশি শিনা
থারবা চেকপলম্নুংগী
শূক্লা মম্লা কাথুম্নুংসিদা,
কুইরে তূমথক্রিবা মখোয়
তুমথক্রিদৈদ্রি খঙজরমদবনি
মশাসে বন্দিনি হায়বা,
হেক খঙলকপা মীকুপতুদগীনি
তুমথক্রিবসু মখোয়না।
খঙদে কৈদৌঙৈনো
মখোয়না মীকপ থোকলক্কদবা
বন্দিগী কাথুম্নুংসিদা অস্রুম্নক।

## সিবু হৌনরিব্রা ইমা

পুন্সীনা হৌংনিংই
চহী কয়া নীংতম্না
থৈখায় থিনগায় লৈতনা
অদুবু ঙসিদি
অম্বুক নীংতম্না হীংজনিংবা
পুন্সী কয়াসিবু
নেংথংপিবে চবেং চবেং
মতমগী চাউরবা খোঙপাক্সা ।
চৈথেংচুনা মতং মতংলবা
ঈখেঙতনা লুপ্পবশিংসিবু
লেংথংপীরি অমুকস্থু তমথীনা
মরৌচাওবা মাগী
চাউরবা খুবামন্থুংদা পায়রিবা
মৈ ঈরুবা মীবেংজৈদুনা,
অদুদগী পূমহাঙ হাঙলবা
লমনাইদ্রবা মালংসিদা
থিনগৎলদুনা লেম্নরি
লানফানি হায়দুনা মাগী,
মপোকশৈঙদগী অইংবা অথোংপা লোয়নরক্রুবা
মুমিংকী মমাঙদা,
ও ! কয়া তমথীগ্রবা লীচৎ
মতম মাগী ।
অদুবু পুন্সীশিংসিনা
চৈথেং অমতং ফংবদা
শীঙ্খবীরম্বনি পীরিক অমতং ওইরবস্থু

পিতনা থ্ মহৎলবী থমোয় অমতংনদি,
ঙসিদি মাগী পীরীকশিংহুম্
ওনশ্রে থাও
তৎতনা লাংলকপনা
পুঙমজ্রবা মৈচাক মৈশা কয়া
চাকলকলে মৈরী থোক্না
মৈরীহুনা তম্নকলে ওনশিন্দুনা
মতমগী চৈদোন্দা
য়াইকৌ ফৌরবা
অরোইবা মীকুপতা ঙায়রবা
পুন্সীশিংসি তম্না ।

# ললচেনবা মীতৈ



লাল

হৌখিবা মপোক্কী লমন খুম্নীংলিবা মুমিৎনা
থোরকই নোংপোকথংবা চীংগী মকমদগী
অমুবা খদাঙচেৎ লাক
শাকি লানকি শেং
চীংথৈ কিথ্ৎ মরহ্না ।
ককথংলি মতং মতং
খুহ্রম চেৎনা পায়রিবা মঙালগী থাওশাংনা
নাক য়েংতা চঙংননা খুন্দাশিনগ্রবা
লোংচুপকী লাঙ্গাবা থম্মানশিং ।
অহবু,
নোংচুপ চীংশাংদা লেপ্লিবা
মশীং থীঙমত্রবা লাম্মীশিংনা
কাপশিল্লকই লেগ্না লৈতনা

অরংবা নোংখাওগী লুহুপ উম্না
অমুবা মচুগী তেন্মৈশিং।
ও।
হুমিংসে শরৌ ওল্লদুনা
চুথরক্লেদো ঈওাং পাক্কক্লদুনা ;
কুরুক্ষেত্রদগী লানফম ময়াম্বদা
শিবা মচেৎ খাক্লা
তেনথক্তা য়াহীপল্লিবা ভীষ্মগুম।
নোংখোঙ ফুয়না চুথরকপা
মাগী অঙাঙবা ঈথেঙনা
তারকই :
শাদানবগী লাংদগী নাম্বোক্লুনা
অহিং চুপ্পা লেপ্তুনা চেল্লকপদা
চোকথমন্দুনা তুমথখিবদা ঙায়ল্লিবী
মীরোনবী শঙাইগী মশাদা।
তারকই :
মমাগী মথাক্লুংদা য়াহীপল্লিবা
উচেক মচাশিংগী মমীংতা।
তারকই :
শেগায়রবা খাংপোক্লুংদা কল্লিবা
মিরাং থুরবা চক্ষু-উয়ান্দা।
তারকই :
মাঙ্গোন উথোকতেন্দা
মঙক শাংনা তিংথোক্লুনা হীপ্লিবা
ময়াং কংলবা হুইগী হাঙলবা চাকখাউদা
ঈথেংদু
তুংশিন্দুনা লৈ তারু তারুবা মকমদা

ফমজিন্দুনা নঙশিন্দুনা
শেৎতোক ফাকতোকপা অমত্তসু য়াদনা।
অনকপা অমসুং অথাপ্পদা খোংবা
লাম্মীগী হৌরবা বেঙ্গুল মখোলনা
চেনশিল্লকই মৈগী নোংলৈ নুংশিংতা খোঙনেৎনবহুনা
ফুংশিন্দুনা লৈরিবা অঙাঙবা ঈখেং তম্না।
ঙসিদি থেংনরগনি
অনৌবা লাল অমমুক মকমসিদা;
নাকোঙ শীংজা য়ৈরবা বেঙ্গুল মখোলগা
ফমজিন্দুনা লৈরিবা অঙাঙবা ঈখেংগা।

নুং

নুং
নুংদা নুং
থাংবদা রারবা নুং
নুংপাক
নুংজাও।
নুংসিগী মথাদা ননশিনখি
লাক্কা কানা ঙমদবা থরায় অমা
হিংনা-হিংনা মীয়াম মমাঙদা, ঙম্মী শক্কা।
নোং চুখি। নুংশা শাখি। অঈং অশা মথং-মথং হৌখি। চহী ওনখি। মীরোল লানখি। মতমগী লৈরোম্মা মথং মথং কুপখি। লৈম্নি নুংসিদি হান্নগী হান্নগুম অহোংবা অমত্তসু নাইদনা।
নুং
নুংদা নুং

থাংবদা ৱায়বা নূং
নূংপাক
নূংজাও।

ঙসিজা নংতে। কুইরবনি। কবাবক হন্ননি। থামম্বা অহিং খুদিং লাকখিবনি। মীওই কয়া-কয়া। মশানা মশামকী মকোক্তা ময়াক কল্লবা মপি লেপ্তুনা হৈথজরক্তুনা। কাল্লবা নূংজাও-সিদা হক্সিন-হক্সিন শুজল্লে মবাইবক্তু, ইকোয় কোয়শিল্লক্তুনা। কপলৈ, লাওৱবা মথম্মোয়গী লৈক্রক্তা মখায় পূংথবা মথৈ—

নূং :

নূং নঙ চেংথায়রো
মচেং তানা কায়রো
নঙদি থমখিবা নংতে অহিংবা থৱাযক্লগী মথক্তা
থমখিবনি ঐখোযগী ঈথক্তা
মবোল থোক্লবা থম্মোযশিংসিগী মথক্তা
হে তমথিরবা নূং
নঙ চেংথায়রো
শিংকূপ শানা কায়বো।

# দিলিপ ময়েংবম

●

## নওগী মীৎয়েংদা পৃথিবী

লাপ্পা য়াম্না লাপ্পা আঃ দগী
য়াম্না লাপ্পা লাক্লে মীওইবা
চহী লীশিং লাশিং কয়া
ফুংওইননা থনয়ে লম্বীদা।

যুগ কয়া কয়া চণ্ডনা শাগৎলকপা
সভ্যতানা গ্রহসিগী মপ্তুণ হেনগংহল্লে
পোকচবগী মহৈ য়াল্লে খলহল্লি।
অদুবু মহু নওনা লৌজবা রাখলগী ওমখৈনি,
নওদি করি নওগী গ্রহসিফাওবা উফুল মরিক'মা ফাদে
মপাল নাইদবা তাইবংসিদা। অদুনা নওগী রাখল
পাকথোকওমদে দুর্বিন য়াওদবদা। মাইক্রোস্কোপ্তা
কনা চাউথোকহল্লমসু অকুপ্পা পোৎপু
হিংমিল্লবগী অকুপ্পদি উবা ওমদ্রি।

অদুনা নঙনা ফনা রাখল রাংবা মীৎয়েং শানবা
শাৱবস্থ নহনকমদা অহুম হুজিনখি পোলোইদা।
নঙগী মীৎয়েংগী মৈরীদা
গ্রহসি মৈ চারদরা কিনরি।

## থাজদ্রে হন্নকাখনি হায়রবা

তনৌরবী মায়থোংনি কনাগুম্বী অমগী
পুক্লিং হন ফজবদু। অঙৌবা য়েসমগী
কুরিং লিংলি। শংবানবা ইন্নফিনা লৈতেংলি
নিংথিরবা শাবান্দুদা। অদুগা থাংজিং মপালগী
ফিগে ফনেকনি শেংলিবদুনা। মোমোন নোংমা লাকখি
লমদম অমা তান্না আশা কয়াগা লোয়ননা।

কন্নাংনা কোয়না থাজিনবা মফমদুদা
তাইবং জগোয় শাবা লাকপনি।
মাগী জগোয় শাথেক খুদিং পুন্সীগী
পুন্সী ঙাক্তনি। হিংবগী হিংবা ঙাক্তনি।
ময়াইদা রাংখৎনা লৈরিবা নুংপাকথক্তুদা
তপ্না তপ্না কাখৎখি কেনা নৌনা।
অকোয়বদা ফম্লিবা ভাবোকশিং ইরাং লাংই
মমিং মনা ইথক থকই; মমিং কুপ্তনা য়েংনখি
অংবু অর্থদি মান্নখিদে।
নুংপাক মথক্তা লেপ্লগা লৈদুনা য়েংলকই
অদুবু মহাক নীংবা কায়খি। মহাক্না
লাক্লিবা আশাগা ওইরম্লিবসিগা

খাঁম্মা লাগখি। ফনা হোংনছুনগ্নুঁ মায় পাকপনি হায়বা থাজদে। ইস্লুক স্নুকথনা কুমথয়কখি কয়িমতা হায়রমদনা। ময়াম ইয়াং লাংনহৌই। অছুবু মাদি থোরক্লগা নোংখোং পরেংগা অতিয়াগা শয়ফমদা নোংচুপ পাংনা চংগ্রে হম্মা ফাওবা য়েংলমদনা। মীয়ামছুদি লাংহৌরি নিলহৌরি, লাকখিনি থম্মা ভাইহৌরি। অছুবু মাদি থাজগ্রে হল্লকখিনি হায়বা।

## ক্ষেত্রি রাজেশ্বর



### পোৎলুমতুগী রাহংনী

অচোবনা।

রাখল চাউনা, য়াম্না

খনবা,

অপীৎপনা পীক্না, খজিক্তা।

খনবা ?

—মসি নত্তে ঐগী রাহংনা

পাম্লিবা।

লুরিবদি

পুন্সীগী পোংলুমসিনী,

পুক্কী লানফমদগী

মিকুপ অমা ফাওবা

থৈদোকপা ঙমজদ্রবা থরায় অমগী

পোৎলুমহুনী।

মরমদি

মথোল চামা য়াংবা—দলান্দুগী
অহানবা মথোলগী কোকথক্তা
মথোল মরিক্কুতরামাপন্না ননশিনখিবা
নত্রা
অঙ্গা চামশুবা মথোলনা
অহাঙবা অতিয়াগা নোকমিন্নখিবহু
উররিনি নহাকসু ।

# রঘু লৈশাংথেম



## রাকচিং

অশূকপা উমংদি অরাংবা চীংদোন্দা অঙোবা ইনফি ইন্দুনা লৈরি রাকচিংগী উলেনগী ফৈজুপ শুপ্তুনা। অঙৈংবা লৈচিলসু মশা খপুনা পাইরি থোঙ হেক হাংদোরকপদা মমীৎকী মৈশানা। অদুবু অকংবা উনাদি কেল্লকই লৈমায়দা উনগী শাফুদা।

মতমনা হি হোল্লি পোথাবা লৈতনা।

শান্নরি তাংগোইশিং মুংশিংকী শহুমদা অল্লাংবা চীংগী খথবাক্তা অঙোবা নোং পরেং পরেংগা লোয়নননা। উচেক্লা অনৌবা মহুম শেম্লি অঙাঙবা চীংগী চীংমাবদা অকংবা উপালগী কৈরাথক্তা। উচেক্কী অপীকপা মচীন্না অকংবা নাপীশিং চেনশিঞ্জরগ্গুনা।

নোংথাঙনা মৈঙালগী মমীৎ পাঙলকপদা অমস্বগী মথাক্সুংদগী মৈশাগী মৈ ইক্লবা অতিয়াগী উমংদা চেক্লানা লাক্ল-লাক্ল থোংলি শাদানবগী হু চেনবা থম্মোয়গী উমংসিদা।

ঙাইরি চেক্লাদি য়েক্সিংথা
অশংবা উনাশিংনা থল্লগদবা।

## শরৎচান্দ থিয়াম



অক্রিক্কা

লৈক্রক ।

লাওনা চৎলবা লৈক্রককশিং
খোঙ কয়া পৃথগ্রবা
খোঙ কয়া থুদেকগ্রবা ।

তেলজা পাইহনা চেল্লকপা অওাংকশিং
তাশিনখি লৈক্রক মনুংদা ।
মখোয়গী কল্পগী খোঙ্জেলদা
লওজা কাকশিংনা পাইথোকখি ।

পুংকক চাউরবী মুশীমচাশিংনা
শেংলিবা মক্কি মরোঙ্ক শেগায় শেগায়হনা
চাথোকই হাউনা ।

নোংথক্তা পাইখ্রিবা এরোপ্লেন্দা
য়েংথংলি থৌরাংনা
ওক্তুগী হেন্না লেঙবা ওমত্রবা
পূক পায়রুনা থাঙলিবা
মীগী পয়েং পরেংনা
ভাইরি থাদরকপা
বোম নংত্রগা চাক ।

মশাগী
মনা থদত্তুনা শায়ব শায়রগা
ওইনম্না
শম্ভু শম্ভু লেপ্লি
পাখং মচাশিংনা
লৈক্রক্কী অকোয়বদা ।

চিলহাও থিববা মরৈ কয়া
মশীং লাকওমদনা
থদত্তুনা চাইথোরক্লি
পাক্লবা অফ্রিকাগী লৈমায়দা ।
অশিবা মীগী হকচাংশিংনা
ফুল্লগনি লৈক্রকশিং ।

## পৃথিবী

পৃথিবী
নঙগী চাউরবা শায়োকশঙসে কোমগোম্নরে
অমত্তা ওমত্রে ফাজ্জিন পুনশিনবা

য়ুগ কয়া চঙনা নঙগী থৈনলদা তাহনা শেম্নকলিবা
শাংলবা থৌরাং
অসুম অসুম চঙখ্রি লোক্লুংদা

অতিয়াবু শেম্নরিবা
উচেক মচা মচাশিং
পাইরম্মী মনিংতম্না অহুগা তারকই
পোপ পোপ
নঙগী চাউরবা শায়োকশঙসিদা

অহাঙবা অতিয়াদা থিল্লকই
রোকেট শঙ্গুনা
কুমগাংদনা পোকপা সেটল্লাইটশিং
চংক্কম লৈতবগী
চাফম ফংদবগী
লাউনৈ খংনৈ থেঙ্গায়নৈ
অমগা অমগা সেটল্লাইট মশেল অতিয়াদা

অতিয়াগী নীংতম্বা ঙাক্লম্বা
উচেক শঙ্গু শঙ্গু পাইথরক্লে ননাক্তা ঙসিদি
অকায়বা রোকেট মচেৎশিং চীক্লহনা মচীন্দা
মহুমদা খোংলিবা চরাম্নরবা মচাশিংগী
অহাও অথুম উহৈ রাহৈগী মহুক্তা



# য়াওরিবা কবিশিং

১। লাইশ্রম সমরেন্দ্র ( ১৯২৫— ): য়াইস্কুল হিরু-হনবা লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। অনীস্সুবা লাঙ্গাও মতুংগী অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী মাঙজীন থাবা কবি অমনি। ৱারেংস্সু ই। ফোঙলবা শৈরেং লাইরিক অহুম্নি — ৱা অমতা হায়গে তেলঙ্গা ( ১৯৬২ ); মমাঙ লৈকাই থম্বাল শাৎলে ( ১৯৭৪ ); খুন অমগী ৱারী ( ১৯৮৫ )। অনীস্সুবা শৈরেং লাইরিক অসিদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী সাহিত্যগী মনা ( ১৯৭৫ ); মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ঈম্ফালগী যামিনী সুন্দর গুহ গোল্ড মেডল ( ১৯৭৬ ); অমস্সুং নেসনেল সাহিত্য অকাদমী মনা ( ১৯৭৬ ) ফংখি। মণি-পুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা 'কবিরত্ন' ( ১৯৯২ ) পীখি।

২। এলাংবম নীলকান্ত ( ১৯২৭— ): কৈশামথোং এলাংবম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। কবি, ৱারেং ইবা অমস্সুং সাহিত্য অমস্সুং কলাগী সমালোচকনি। মহাক্কী 'মণিপুর' ( ১৯৪৯ ) কৌবা শৈরেংদগী অনীস্সুবা লাঙ্গাও মতুংগী ওইবা মণিপুরী শৈরেংগী অনৌবা খোঙচৎ অমা শাগৎপা হৌখি। ফোঙলবা লাইরিক[illegible]ং— অচাইবা লৈ ( ৱারেং, ১৯৫৭ ); মণিপুরী কবিতাগী ছন্দ ( ছন্দগী মরমদা নৈনবা, ১৯৬৮ ); চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি ( শৈরেং, ১৯৭১ ); Aspects of Indian Culture ( ৱারেং, ১৯৮২ ); তীর্থ যাত্রা ( শৈরেং, ১৯৮৫ ); সুনীতিকুমার চট্টোপাধ্যায়গী "জয়দেব" ( ইংলিশতগী অনুবাদ, ১৯৮৬ ); সংস্কৃতিগী শক্লোন ( ৱারেং, ১৯৯১ )। "তীর্থ যাত্রা" শৈরেং লাইরিক অসিগীদমক নেসনেল সাহিত্য অকাদমী মনা ( ১৯৮৭ ) ফংখি।

৩। কাঙজম পদ্মকুমার (১৯৩৪— ): উরীপোক তখেল্লম্বম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। মশক নাইবা কবিনি। মণিপুরী শৈবেং, রাবীমচা অমসুং রাবেংগী লাইরিক খরগী সম্পাদক ওইখি। মশাগী ফোঙলবা শৈবেংগী লাইবিক অনীনি— সন্ধ্যাগী ঈশৈ (১৯৭২), মসিনা ঐগী অবোইবা রানি (১৯৯২)।

৪। রাজকুমার মধুবীর (১৯৪২— ): নম্বোল কবো রাকচিংদা পোকই, শগোলবন্দ থাংজম লৈবক, ইম্ফালদা হোংলক্লুনা লৈ। অনৌবা মণিপুরী শৈবেংগী মশক নাইবা কবিশিংগী মরুংদা অমনি। রারীমচা অমসুং নৈনবা রাবেংশিংসু চেফোঙ খবদা ফোঙগ্রে। ইংলিশতসু শৈবেং ই। ফোঙলবা শৈবেংগী লাই-বিকশিং— মচু মচুগী অতিয়া (১৯৬৯), কাযববা মূর্ত্তি উবগা (১৯৭০), মিযাৎ তারবা ফাদোক (১৯৭৬), The H-Hour Patient (১৯৮১), The Time-bomb (১৯৮৭), প্রল্লয়গী মৈবিবক্তগী (১৯৯১)।

৫। নোংথোম্বম শ্রীবীরেন (১৯৪৬— ): উরীপোক অচোম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকফম্নি। নীলকান্ত-সমরেন্দ্র মতুংদা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী মাঙজীন থাবা কবিনি। রাবীমচা, লীলামচা অমসুং সাহিত্যগী নৈনবা রাবেংসু ই। ফোঙলবা লাই-রিকশিং— লৈচিল্লকী থাজ (রাবীমচা, ১৯৬৭), তোল্লবা শা-হুগী রাখল (শৈবেং, ১৯৭০), হল্লকপা (লীলামচা, ১৯৭৩); মসিনা ইম্ফালগী রাবীনি (শৈবেং, ১৯০৮), মপাল নাইদবসিদা ঐ (শৈবেং, ১৯৮৯)। "তোল্লবা শা-হুগী রাখল" শৈবেং লাইরিক অসিদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী সাহিত্যগী মনা (১৯৭৩); "মপাল নাইদবসিদা ঐ" লাইরিক্তা নেসনেল সাহিত্য অকাদমী মনা (১৯৯০) অমসুং যামিনী সুন্দর গুহ গোল্ড মেডল (১৯৯২) ফংখি।

৬। থাংজম ইবোপিশক ( ১৯৪৮— ): পোকফম ৱাংখৈ থাংজম লৈকাই, ইম্ফাল। অনীস্সুবা লাম্লাও মতুংগী অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী ঈহৌদা য়াওবা কবি অমনি। নৈনবা ৱারেংদস্মু খুং থারক্লি। ফোঙলবা শৈরেংগী লাইরিকশিং— অপাইবা থৱায় ( ১৯৬৯ ); শীংনবা ( ১বা অমসুং ২বা মশীং, ১৯৭৪ ; ইবোমচা অমসুং রনজিৎ দব্লিউ অনীগী শৈরেংশিংগা পুন্না য়াওবা ); নোংরোক পাতাল পৃথিবী ( ১৯৮৫ )। অহুমস্সুবা শৈরেং লাইরিক অসিগীদমক মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী সাহিত্যগী মনা ( ১৯৮৬ ) অমসুং যামিনী সুন্দর গুহ গোল্ড মেডল ( ১৯৮৯ ) ফংখি।

৭। ষুমলেম্বম ইবোমচা ( ১৯৪৯— ): পোকফম কৈশামপাং লৈমজম লৈকাই, ইম্ফাল। অনীস্সুবা লাম্লাও মতুংগী অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী ঈহৌদা য়াওবা মশক নাইবা কবিনি। শীংথানবা য়াববা ৱারীমচা ইবা অমসুনি। ফোঙলবা লাইরিকশিং— শক্সেন্থী থোবক্লো নহুম পোঞ্জেন শাবীগে ( শৈরেং, ১৯৭৩ ); শীংনবা ( ১ বা অমসুং ২ বা মশীং, ১৯৭৭ ); মুমিত্তি অস্সুম থেঙজিল্লক্লি ( ৱারীমচা, ১৯৯০ ); রাজকুমারী অমসুং উচেক মচাশিং ( শৈরেং, ১৯৯২ )। "শক্সেন্থী থোবক্লো নহুম পোঞ্জেন শাবীগে" দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী সাহিত্যগী মনা ( ১৯৭৪ ) অমসুং "নুমিত্তি অস্সুম থেঙজিল্লক্লি" ৱারীমচা লাইরিক্তা নেসনেল সাহিত্য অকাদমী মনা ( ১৯৯১ ) ফংখি।

৮। সনখ্যা ইবোতোম্বী ( ১৯৪৬— ): পোকফম কৈশামপাং থোকচোম লৈকাই, ইম্ফাল। অশেংবা য়ুম্নাক্তি হাও-রোকচমনি। শৈরেং অমসুং সাহিত্যগী খুংই মখল অতৈদা খুং থাই। মণিপুরী থিয়েটরগী মশক্লাইবা ডাইরেক্টর অমনি। ফোঙ-লবা লাইরিকশিং— মেম্মীগী ডোক্তর ( ৱারীমচা ); তম্নলাই ( শৈরেং ); সন্ধ্যা ( উপন্যাস ); শ্লোগান ( লীলামচা ); মণিপুরদা

থিয়েটর অমম্লুং ড্রামা ( নৈনবা, ১৯৮৭ )।

৯। রাহেংবম রনজিৎ ( ১৯৪৯— ): শগোলবন্দ মোইরাংময়ুম লৈরক, ইম্ফালদা পোকই। রনজিৎ দব্লিউ হায়বা মিংদা শৈরেং ফোঙই। "শীংনবা" গী অইবা অমনি। মণিপুরী সাহিত্যগী চেফোঙশিং অমস্যুং শৈরেংগী খোমজিনবা লাইরিক অতৈদা মাগী শৈরেংশিং ফোঙখ্রে।

১০। নোংথোম্বম জ্যোতিরিন্দ্র লুরাঙ ( ১৯৪৯— ): খাগেমপল্লী পনথা, ইম্ফালদা পোকফম্নি। মণিপুরী চেফোঙশিংদা মাগী শৈরেংশিং ফোঙখ্রে। "অমম্বগী মমি" শৈরেং লাইবিক ইং ১৯৭৪ দা ফোঙই।

১১। সৌগাইজম ব্রজেশ্বর ( ১৯৩৬— ): আসামগী কাছাড় জিলাগী বরখলাদা লৈবা চিত্রাঙ্গন কৌবা খুন্দা পোকই। অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী মশকনাইবা কবিনি। সাহিত্যগী মাশা অতৈদস্মু খুং থাই। ফোঙলবা লাইবিকশিং— পিদোন্না হায়জবা ( শৈরেং, ১৯৬৯ ), অশংবা ঈথক ( শৈবেং, ১৯৭১ ), কথোকপা ( উপন্যাস, ১৯৭৫ ), হঙোই খোংবদস্মু লিঙ্গ হোংবদস্মু ( শৈবেং, ১৯৭৬ ); প্রজাতন্ত্র মুমিং যৌবক্লে ( শৈবেং, ১৯৭৯ ), অনৌবা মণিপুবী কবিতাগী শক্লোন ( নৈনবা, ১৯৮৩ ), ইতিহাসকী তিন-শিল্লবা মনম ( শৈবেং, ১৯৮৭ )। ইকোন কোনবা শৈবেং লাইরিক অসিগীদমক মণিপুবী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালগী মপানগী অইবশিংদা পীবা সাহিত্যগী মনা 'কামিনী কুমার এৱার্ড' ফংখি ( ১৯৯০ )।

১২। য়েংখোম বিহারী ( ১৯৩৯— ): ককচিং খুলেন মখা লৈকাই, ককচিংদা পোকই। শীংথানবা য়ারবা কবিনি, নৈনবা রারেং অমস্যুং রাবীমচাস্মু ই। ফোঙলবা শৈবেংগী লাইরিক অছুম্নি— অনৌবা পৃথিবী অনৌবা আকাশ ( ১৯৭৯ ); ভমখৈ অমা রাংমা লীশিং ( ১৯৮৩ ), অথুম্বা লমদম অথুম্বা চৈনা ( ১৯৯২ )।

১৩। এস, ভানুমতী ( ১৯৪৮— ): শগোলবন্দ শয়াং পুখ্রী মপান, ইম্ফালদা পোকফম্মি। ত্তানপীথোং ইম্ফালদা ওত্তই। মশক নাইবী কবিয়ত্রী অমনি। শৈরেংগী লাইরিক অনী ফোঙলে— খোঞ্জেল 'শীবু নঙগীরা ( ১৯৮২ ); কল্লবা ইরৈ'মদা অস্নুম অস্নুম ( ১৯৯১ )।

১৪। ইবেমপিশক ( ১৯৫৪— ): কাংচুপ লম্বীগী নাকন্দা লৈবা লম্বাল খুলদা পোকই; উরীপোক খুমন্থেম লৈকাই ইম্ফালদা চাওরকই। কৈশামথোং লোংজম, লৈরক, ইম্ফালদা ওঙই। মশীংদা অমস্তুং মগুণদা শীংথানবা য়ানা শৈরেং ইরে। ফোঙলবা শৈরেংগী লাইরিকশিং— মমি শান্নবা খোঞ্জেল ( ১৯৭৬ ); নোম নোম শগাইতোং চাননবা লৈতে তখেম্বাং ( ১৯৭৭ ); নাকেম্বাগী লৈরাং ( ১৯৭৮ ); মল্লা মল্লা লৈনুংশি ( ১৯৮০ ); শজিবু' কোমবিরৈ ( ১৯৮১ ); যুগসিগী ঈশৈ ( ১৯৮৩ ); মপাও ( ১৯৮৭ )।

১৫। মেমচৌবী ( ১৯৫৫— ): অশেংবা মমিং থৌনাওজম চন্নু ইবেমহল কৌই। কাকৈথেল মোইরাংপুরেন লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। শগোলবন্দ মৈনো লৈরক, ইম্ফালদা ওঙই। শীংথানবা য়ারবী কবিয়ত্রীনি। ব্রাখীমচান্নু ই। ফোঙলবা লাইরিকশিং— নোংগৌবী ( শৈরেং, ১৯৮৪ ); অন্দ্রোগী মৈ ( শৈরেং, ১৯৯০ ); লৈতেং ( ব্রাবীমচা, ১৯৯১ )।

১৬। বরকন্যা ( ১৯৫৭— ): কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাই, ইম্ফালদগীনি। শগোলবন্দ তেরা কৈথেল খুরাইজম লৈকাই, ইম্ফালদা ওঙই। শীংথানবা য়ারবী শৈরেং ইবীনি। ফোঙলবা লাইরিকশিং— শিঙ্গারৈগী লৈকাদা ( উপন্যাস, ১৯৮৩ ); লোইনাইদ্রবা থরায়গী ঈশৈ ( শৈরেং, ১৯৮৮ ); উত্তোল অমদি উচেকশিং ( শৈরেং, ১৯৯১ )।

১৭। রতন থিয়াম ( ১৯৪৮— ) : উরীপোক হাওবম দেৱান লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। কবিনি ; রারীমচা, উপন্যাস অমসুং লীলা ইবনি। মণিপুরী থিয়েটরগী মশিং চংলবা ডাইরেক্টর অমনি। কোঙলবা লাইরিকশিং— লোন্না হায়গে তুম্মিন্না তাও ( রারীমচা ) ; উনশাদা নুংশিবা ; ফনেক খোইদোম শেংলিঙে ; শ্রীমতী ইচেবেম্মা ( লাইরিক অছুমসি উপন্যাসকীনি ) ; শেগায়রবা কুরাংবান ( শৈরেং ) ; তখেল্লে নাচোমলক্কা চিগোংলে অমা ( শৈরেং, ১৯৯০ )। ফম্পাক্তা শান্নখ্রবা অইবা অসিগী ওরিজিনেল, অনুবাদ অমসুং এডাপ্টেসনগী লীলাশিং লৈ। নেসনেল সংগীত নাটক অকাদমী মনা ( ১৯৮৭ ) ; পদ্মশ্রী ( ১৯৮৯ ) ; 'নন্দীকার' মনা ( ১৯৯২ ) ; অতৈ মনাশিং অমসুং ফেলোশিপ থিয়েটরগী ওইনা ফংখ্রে।

১৮। রাজকুমার ভুবনসনা ( ১৯৫১— ) : সেগা লম্বী কোঞ্জেং হাজারী লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। শীংথানবা য়ারবা কবিনি। মশাগী শৈরেং লাইরিক "জবাসন্ধ" ইং ১৯৯১ দা ফোঙই। মণিপুরী সাহিত্যগী চেফোঙশিংদা অমসুং শৈরেংগী খোমজিনবা লাইরিক খবদা মাগী শৈরেংশিং ফোঙখ্রে।

১৯। খোকচোম বিশ্বনাথ ( ১৯৬০— ) : কাছাড়গী সিঙ্গেরবন্দা পোকই। মণিপুরগী মপান্দা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী লমদা শীংথানবা যাববা নহা ওইরিবা কবিনি। ফোঙলবা শৈরেংগী লাইরিক অনীনি— নোং নুংশিংকী হুমদোক্লবা থাবলগী ( ১৯৮৪ ), হরিবোলা হে মন্ত্রী হরিবোলা হে ইঞ্জিনিয়ার ( ১৯৮৫ )। শৈরেংগী খোমজিনবা লাইরিক অনীসু সম্পাদন তৌখি।

২০। কোন্থৌজম কালেনজাউ ( ১৯৫৭— ) : কাছাড়গী বরখলাদা লৈবা বব গ্রামপুরদা পোকই। মণিপুরগী মপান্দা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী ওইনা শীংথানবা য়াবনা নহা ওইরিবা কবিনি।

"অতিয়াদা মুগুক মুবা চাকথোং চক্ষু পাইরে" কৌবা শৈরেং লাই-রিক অমা ইং ১৯৮৫ দা ফোঙই। শৈরেংগী খোমজিনবা লাইরিক থরদা অমসুং মণিপুরী চেফোংশিংদা মাগী শৈরেংশিং ফোঙথ্রে।

২১। ইলাবন্ত মুন্সাম (১৯৫২— ): কাচাড়গী শ্রীবারদা পোকই। অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী লমদা রারেংদা ইবা শৈরেং (Prose poem) ইবদা শীংথানবা য়ারবা নহা ওইরিবা কবিনি। ফোঙলবা শৈরেংগী লাইরিক অনীনি— মীনাই অমা ফংবদা হরাও-নবা লম্নি (১৯৮৩); নুংশিং শিংথলি উনা লেঙলি (রারেংদা ইবা শৈরেং, ১৯৯২)।

২২। কোন্সম কুলধ্বজ (১৯৬২— ): শগোলবন্দ তেরা কৈথেল খুরাইজম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। কবিনি; মণিপুরী পাউ-চে থরগী কলম্নিষ্টসু ওই। ফোঙলবা লাইরিকশিং— রোজেন (উপন্যাস, ১৯৭৯); অমম্বা মপৈ অমনা ঐবু কৌখিবনি (উপন্যাস, ১৯৮৬); ইম্ফালগী মৈ (শৈরেং, ১৯৯০)।

২৩। বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম (১৯৫৯— ): শীংজমৈ নাওরেম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। কবি অমসুং রারীমচা ইবনি। ফোঙলবা লাইরিকশিং— অঙনবা (রারীমচা, ১৯৮৮); সিবু হৌনরিব্রা ইমা (শৈরেং, ১৯৯১); অমম্বদসু অঙানবদসু (রারী-মচা, ১৯৯২)।

২৪। লনচেনবা মীতৈ (১৯৬১— ): শগোলবন্দ মবুধৌ মন্ত্রী লৈকাই, ইম্ফালদা পোকফম্নি। কবিনি; অতেনবা শৈরেং অমসুং অতেনবা রারীমচাশিং ই; সমালোচনাদসু খুৎ থাই। ফোঙলবা লাইরিকশিং— ফৈনা চিংশিল্লক্লিবা লৈই (শৈরেং, ১৯৮৮); মীৎকপ থোক্লকপদা মঙলাক্লবা (রারীমচা, ১৯৮৯); য়েংলু য়েংলুবদা (পরেং মঙা মঙাগী শৈরেং, ১৯৯১); মাম্নদবা মীৎয়েং (অতেনবা রারীমচা; ১৯৯১)।

২৫। **দিলিপ ময়েংবম (১৯৫৯— ) :** কাছাড়গী শ্রীবায়দা পোকই; ইম্ফালদা লৈ। কবিনি; বিজ্ঞানগী কলম্নিষ্ট ওইনসু মণিপুরী পাউ-চে অমদা চাং নাইনা ই। মাস মেডিয়াদা বিজ্ঞানগী হীরম-শিং শন্দোকপগীদমক্তা নেসনেল এৱার্দ ফোর বেষ্ট সাইন্স এণ্ড টেক্নোলোজী কোভরেজ ইন দি মাস মেডিয়া (১৯৯১) ফংই। "পৃথিবী নঙগী নরাইবক" কৌবা শৈরেং লাইরিক অমা ইং ১৯৯১ দা ফোঙই।

২৬। **ক্ষেত্রিঃ রাজেশ্বর (১৯৫৫— ) :** ভুবেল রাংমা, ককচিংদা পোকই। শীংথানবা যাববা শৈবেংশিং ইতুনা সাহিত্যগী চেফোঙশিংদা ফোঙখ্রে। "চিংথাযববা মমি" কৌবা শৈরেং লাইৰিক ইং ১৯৮০ দা ফোঙই।

২৭। **রঘু লৈশাংথেম (১৯৫৯— ) :** থোবাল লৈ-শাংথেমদা পোকফম্নি। থাঙমৈবন্দ লাইবেনহঞ্জবা লৈকাই, ইম্ফালদা হোংলক্লুনা লৈ। মাগী শৈবেংশিংগী মবক্তা শাফু লৈববা শীংথানবা য়ারবশিং য়াওই। মণিপুরী চেফোঙশিংদা চোইনা চোইনা শৈবেং-শিং ফোঙই। "পুন্সী তেলঙ্গা" (শৈবেং লাইরিক, ১৯৯১) ফোঙলে।

২৮। **শরতচান্দ থিয়াম (১৯৬১— ) :** শগোলবন্দ লুক্রাম লৈবক, ইম্ফালদা পোকই। নহা ওইবিবা কবিনি। অশেম্বা মমিং অমদা স্পোর্টসকী কলম্নিষ্টসু ওই। ফোঙলবা শৈবেংগী লাই-রিকশিং— তেঙ্গালি কারবা পোদোন (১৯৮০); শো চবুন (১৯৮৯); অফ্রিকা (১৯৯৩)। □

